# শ্রীশ্রীবৃন্দাবন মহাত্ম্য



হেঃ কৃষ্ণ করুণাসিন্ধো দীনবন্ধো জগৎপতে।
ীকাকান্ত, রাধাকান্ত নমস্ততে।

প্রকাশক :- তোম্লবী
লেখককী সধর্ম্মিনী,
কমলা দেবী

অহানবা থুৎনম্
কোপী, ১০০০
ফাইরেল ২ নি পানবা য়ুমশকৈশ
...৮৯ ইং






সত্ত্ব অপূম্ব লেখকীগি।                    মমল লুপা ১৫·০০

ছাপা নম্বা :- দি ইষ্টর্ণ ভারতী প্রিন্টিং বার্কস
তেরাকৈথেল, ইম্ফাল।

# উৎসর্গ

ইমা হাৎবিসি পৃথ্বীনি, ইমাতন পোকপিবনি,
ইমাতন য়োকপিবনি ।

ইমাগী খোম্লাংতন, ঐগী পাজল ওয়রকপনি,
ইমাগী ঈতন হিংলকপনি ।

তোল্লি ইমাগী লমন, শিংব ওম্লরোই মপোকসিদ,
তোল্লিব ইমাগী লমনসে ।

পেনবিরবদি ইমা'ন, জগৎন পেনবি হাঃনৈদো,
পেনবিয়ুকো ইমা ইবেম্ম ॥

নিঙমহৌত্রব নচান, নিঙশিংজব ওয়ন বৃন্দাবন মহাত্মা
ইমাগী খুবাক্ত হাপচগে ।

লৌবিয়ুকো ইমা ইবেম্ম, ভক্ত বৈষ্ণবশিংন পাবিরগ,
ইমাগী আত্মান পেনবিসনু ।

নিঙমহৌত্রব নচা

শ্রী ................................................................................

লৈফম ................................................................................

# হিরম লামায়

# ৱারোল অমতং

হে: কৃষ্ণ করুণাসিন্ধো দীনবন্ধো জগৎপতে।
গোপেশ গোপীকাকান্ত, রাধাকান্ত নমস্তুতে।

শ্রীব্রজরাজনন্দন শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজরগ হায়দং ইজগে:— ব্রজ বৃন্দাবন হায়ব ধাম অসিদি ভক্তি, প্রেম, রস পুম্নমক্কী তুঙনকম, ভক্ত বৈষ্ণৱশিংগী মধুর প্রেমরস ফংনকম ওয়রিব খ্বায়দগী অথোইব ধাম অমনি।

শ্রীবৃন্দাবন চংপদি শ্রীকৃষ্ণলীলাবু মিৎন থিংন য়েংজনরগ প্রেম হায়রবু পোক্লবগীদমক চংপনি।

ঐশ্বর্য পুম্নমক্ক পরিপূর্ণ ওয়বিরব ভগবান্ মীওইবগী মপোক ওইন পোকপিরগ নরলীলা শান্নবিহুন কৃষ্ণভক্তশিংবু উজ্জ্বলরস অহু মশক তাকপিগে, ভক্তি হায়বিদো তম্বিগে খন্দুন শ্রীকৃষ্ণ হায়ন স্বয়ং প্রকাশ তৌবিখিব মফম অহু ব্রজবৃন্দাবনদনি হায়ব অসি শ্রীমদ্ভাগবতন অরেপ্প সাক্ষীনি।

ইবুঙোন কলিগী মতমদসু ব্রজবাসীরূপ লৌবিহুন মনাই ভক্ত-শিংগী নিঙজব অপুম্ব থুংহনবিখিব, শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীগী মফমদ সাক্ষাৎ দর্শন পীবিখিব গোয়ালারূপী শ্রীগিরিধারি গোপাল, সনাতন

গোস্বামীগী মকমদ সাক্ষাৎ দর্শন পীবিখিব শ্রীমদনমোহন, শ্রীরূপ গোস্বামীগী মকমদ সাক্ষাৎ দর্শন পীবিখিব গোয়ালারূপী শ্রীগোবিন্দ, শ্রীলোকনাথ গোস্বামীগী মকমদ সাক্ষাৎ দর্শন পীবিখিব গোয়ালারূপী শ্রীরাধাবিনোদ, শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামীগী মকমদ সাক্ষাৎ দর্শন পীবিখিব গোয়ালারূপী শ্রীরাধারমন্ন শালগ্রামদগী স্বয়ং প্রকাশ তৌবিখিব, ভক্ত বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ মচাগী সাক্ষী পীনবগীদমক শ্রীবৃন্দা-বনদগী বিদ্যানগর ভান্ন থোঙন লেভবিখিব স্বযং সাক্ষীগোপাল, মনাই ভক্ত ব্রাহ্মণ মচাগী আদালত সাক্ষী লেপ্লিখিব গোয়ালারূপী শ্রীবঙ্কবিহারি মযাম অসিগী অকুপ্প মারিশিং অমসুং করম নিংথৌ হা কুক্তগী হৌনা শ্রীবৃন্দাবনগী মূর্ত্তি নিরূপন তৌবা হৌখিব, বৃন্দাবন মগুংগী সাতদেবালয় করম প্রতিষ্ঠা তৌখিবা, বৃন্দাবন চৎনরিবা অসিন করিগীদমক চৎলিবা, বৃন্দাবন চৎপন করি কান্নব অসি পুম্নমক অসিবু খঙজনিঙবন যাম্ন কুপ্ন থিজরুবদগী লাইরিক মচা অসিম ওইন থোকখিবনি। মসিদ ঐন যাম্ন খঙজ হৈজকদন তৌব নংচদে; ঐগুম করিস্নু লৈত্রব মরেক অম কাওব নিঙথিন ইব ঙমজদব ভক্তি, জ্ঞান লৈজদব মথংমনাওস্নু খঙজদব নরপশুন শ্রীবৃন্দাবনগী মহিমাবু শিঙথানহুন ইজবগী ইতিক নত্তে; তৌইগুম্নংং শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিজরুব, শ্রীবৃন্দাবনবু পামজরুব মরমদগী যাম্ন কম্ন থিজহুন আদি গুরু ভক্তবৈষ্ণবশিংন ইবিরম্ব ভক্তিগ্রন্থ ময়ামদগী শারাংশ খর খরদং লৌখৎচবগ মমিং ওইনব ইজুবনি। ঐদি করিস্নু খঙত্রব অপওবনি, মসিদ অরানব কোক্সায় য়াওরমগনি অহুবু বৈষ্ণব-শিংন শ্রীকৃষ্ণগী গুণামৃতনি খনবিহুন ঙাকপিগনি নিঙৈজ।

মন্না ওইন লাইরিক মচা অসি শরুক মরি খোকচৈ অহানব শরুক্ক বৃন্দাবনগী মহিমা, মূর্ত্তি নিরূপণ তৌখিবা মতম, সাত দেবা-লয় পূর্ৱোকপ, অপ্রোপ্ত বিগ্রহশিং। অনিশুবদ সাত দেবালয়গী মূর্ত্তি ময়াম লুপ্ত ওইখিবদগী অমুকহন্না আবিষ্কার তৌখিবগী রাখিশিং। অহুমশুবকপদ আকবর শাহগী মতমদ শ্রীবৃন্দাবনগী ফীবম, বন উপবন, কুঞ্জ, কুণ্ড লীলাস্থলী পুম্নমক্কী অকুপ্প মবোল পরিক্রমা খণ্ড, পরিশিষ্টাংশ খরদংগনি।

অরোইবদ লেখক্না হায়জনিঙবদি কলিগী মীওইন পোকপশিং অসিদি তমগুনবা তাহুন মায়া কৌবী শক্তিনা পুমনমক্না থোমশিন্দুনা শারকপ ভৌতিক দেহেনি। অসিগুম্বা জীবশিংদ চৈতন্য জ্ঞান পীবিদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি তম্বিনবা, জীববু মুংশিনবিবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী মখোঙ থম্বালবু চেংনা কোঞ্জবগ হন্না হন্না ভক্তি কংচরি।

বৈষ্ণবশিংনা পাবিবদ অরানবা কোল্লায়, বানান শোয়বন-চিংবা থেংনবিগনি, পুম্নমক অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী নামামৃতনি হায়না খঙ্গং-বিবগ তাকপীগনি, অশোয় অরান অপুম্বা তাকপিরকনি হায়না আশা তৌজরি। ইতি—

দীনতম্

লেখক

# হায়জনিঙব খরদং

অনর্পিত চরীং চিরাং করুণয়াবতীর্ণঃ কলৌ,
সমর্পয়িতু মুন্নতোজ্জ্বল রসাং স্বভক্তি শ্রিয়ম্,
হরি পুরত সুন্দর দ্যুতি কদম্ব সন্দীপিতঃ
সদা হৃদয় কন্দরে স্ফুরতু বঃ শচীনন্দনঃ ।।

ষড়ৈশ্বর্য পরিপূর্ণ ভগবান মমাঙৈদগী হৌন কনা অমত্তদ পীথোকপ তৌথিদ্রব ব্রজবৃন্দাবনগী উজ্জ্বল রস তাকপিগে, প্রেম ভক্তি তম্বিগে, কলিগী জীব পুম্নবু হরিনামমতন লানবিগে থৌন্দুনা পূর্ণতম্ ভগবান শ্রীধাম নবদ্বীপ্ত নরজন্ম ওইনা অবতার তৌবিরিব, শ্রীঅঙ্গ কান্তিনা ফুদোংলব সনাদগী হেন্না নিঙথিজরিব শ্রীশচীনন্দনা ঐগী থম্মোই নৈকোন্দ লেঙদনা ঙানবিয়ু ।

শ্রীধাম বৃন্দাবন হায়ব মফম অসিদি উত্তর প্রদেশকী মমুংচনব মথুরা জেলাদ নৈব ক্রোশ মরিফুমরি পাকপ বন তরানিথোই, উপবন তরানিথোই কালিন্দী যমুনান কোয়শিন্দুনা তীর্থ থুদিঙমক্না পুম্ন লৈরিব, ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রন নরজন্ম ওইনা অবতার তৌবিরগ ব্রজগোপ গোপীশিংগ লোয়ননা নরলীলা শান্নবিগে থন্দুনা প্রণয় মতমদসু য়াওদনা তোপ্না শেমহনা য়ায়না থুপ্না থমঙ্গব মফম অমনি ।

শ্রীকৃষ্ণ হায়ব নাম অসিদি অবতার পুরুষকগী অখোইব ঐশ্বর্য পুরুষকু পরিপূর্ণ ওইবিব পূর্ণতম ভগবানগী অবতারনি—

তথাহি ব্রহ্মসংহিতা প্রথম শ্লোকে :—

ঈশ্বর: পরম কৃষ্ণ: সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ: ।
অনাদিরাদির্গোবিন্দ: সর্ব্বকারণ কারণম্ ॥১॥

শ্রীবৃন্দাবনগী মবমদ ববাহ সংহিতাদ ধরণী বরাহ সম্বাদত অসুম ইবি— মবাইদ শ্বেত বরাহ কল্পদ বরাহ ভগবান পৃথ্বী-মাতাবু মখাবভোর পাতালদগী মর্ত্তদ পুথংলকপ মতমদ পৃথ্বিমাতান বরাহদেবগী মকমদ হায়জখি— হে: ভগবন্ প্রলয়গী মতুংদগী মাযকৈ অপুম্ব অসি ঈশিং নতুন কবিগুম্ব অমত উব ফংজদ্রে, চানবিহন ননাইদ লৈফম অমতদি তাকপিয়ু। পৃথ্বী মাতাগী রা তারগ বরাহ ভগবান তাকপীখি—

অসুম অসুম চংলু লৈসু, উবী, উতন থল্লব শংবানব তুরেল অমন কোংশিন্দুন ইবুঙোন নরজন্ম ওইন অবতাব তৌবিব মতমদ ব্রজগোপ গোপীশিংগ লোয়নন নরলীলা শাস্ত্রবর্ণদমক প্রলয় মতমদসু যাওনন ভোগ্র শেমহন থমপ্রব মকম অম থোংনগনি; মফম অহগী মগুন্দি ব্রহ্মা, শিব, নারদ, আনন্তনচিংবন কাওবদ শিগথাব ঙমপ্রব, যগৎকী মনুংদ অনি গুপ্রব, অযুপ্প হাযহন লৈরিব খিবিক্কী মনুংদগী খ্বাযদগী হেন্ন থুপপ্রব, মতম খুদিংমক্ক ঈনো নৌহনত লৈপ্রব, ভগবান ঐশ্বয মাধুয পুমনমক্ক প্রকাশ তৌবিরগ

নিতি রহস্য লীলা শাম্নরগদব৹ স্বয়ং ব্রজ বৃন্দাবন হায়ব মফম অহুনি।

মফম অহুদ নওগী লৈকম ওইখ্ৰ, নওগী নথক্ত লীলা অহু শাম্নরগদবনি হায়ন তাকপিরম্নগ বরাহ ভগবান অন্তর্দ্ধান ওইরে। পৃথিবী মাংভানা অহুগুম্ব বরাহ ভগবাম্ন তাকপিরম্ব মফম অহু খিজরগ মফম অহুম্ব লেভদন লৈখি।

শ্রীব্যাসদেবন ইবিরম্ব শিশুরামদাসন পয়ার ভাষাদ ছন্দোক-চব প্রভাস খণ্ড কৌব লাইরিক শ্রীবৃন্দাবনগী মগুণবু অম্নুম্নন বর্ণন তৌরি। শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রন মতম শুরহুন প্রভাস যজ্ঞ তৌনবগীদমক থৌরাং তৌরম্মী। প্রভাস হায়ব মফম অহু কুরুক্ষেত্রদনি, ইবুঙোন বিশ্বকর্ম্মাবু কৌরগ যজ্ঞশালা যাম্নরা চাওন শাইনখি। বন ভরা-নিখোই, উপবন ভরানিখোই, লীলাস্থলী পুম্ননমক শেমহুন সরস্বতী ভুবেম্ন কালিন্দী যমুনাগুম্নন কোয়শিন্মূন ব্রজ বৃন্দাবনগ করিমত খেন্নদন শেমহুন থম্নখি।

প্রভাস যজ্ঞদ চহি চাম কায়নপ্রব ইবুঙোবু দর্শন তৌনবগী-দমক ব্রজগোপ গোপী; শা; মণনচিংব অমত চিথদন ইবুঙোবু দর্শন তৌনবগীদমক লাকুখিরম্মী। যজ্ঞ লোম্নবহুন ইবুঙোন নিজধাম গোলোক বৃন্দাবনদ লেঙখিনবীগে থীল্লহুন নোংম পূর্ণিমা মুমিক্ত থাবম্ন শরৎকী থাবলগুম্নন নিঙখিজরে; অহুগুম্ব বন অহুদ ইবুঙো

ঊবেন্ম অমতুং মথীশিংগ লোয়নন বারী শারম্মী; মতম অহুদ ইবুঙোন ইবেন্মগী মকন্দ হায়খি; থাবম শরৎকী থাবলগুম্ন নিঙথিজরে; সরস্বতী তুরেম কালিন্দী যমুনাগুম্ন নিঙথিজরে; নঙস্থ লৈরে, ঐস্থ য়াওরে, মথৌ পূম্নমকস্থ য়াওরে, ঙসি অহিং অসি রাস অমুক্ত শান্নসি হায়খি, ইবুঙোগী রা তারগ ইবেন্মন থুমজখি— ইবুঙো। মনাই তোল্লবীদ অতুগুম য়াথং অমুক হন্ন তাকপিরকস্থ; অতুগুম রাস অতুদি স্বয়ং ব্রজবৃন্দাবন নত্তব মকম অতৈদ শান্নজব ঙমজরোই হায়ন ইবেন্মন য়াখিদে; মরম অতুন ব্রজ বৃন্দাবনগী মগুণ অসি কয়াগী মতিক চাওব্রবনো?

অসিগুম অমুক মগুণ লৈব্রব বৃন্দাবন অদুবু কলিগী যবন শাসকশিং মগুণ ওইরবগী ... পূম্নমক পুম্নাক মাঙথিহন থাক্লেশং বনজঙ্গল ওমন লৈরকখি। ঙসিদগী চহি চামঙারোমগী মমাংদ পূর্ণতম ভগবান শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়ন শ্রীধাম নবদ্বীপ্ত নরজন্ম ওইন অবতার তৌবিহন মাঙহন লৈরম্মব বৈষ্ণব ধর্ম্ম অতু অমুক শোগৎপিহন বৃন্দাবনগী তীর্থ লীলাস্থলী খিবিকপু পুথোকপিখি।

ইবুঙোন বৃন্দাবনদ লেঙবিরবদি স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রন অমুক নরজন্ম ওইন অবতার তৌবিহন মাঙহন লৈরম্মব শ্রীন্দাবনগী উজ্জ্বলরস, প্রেম, ভক্তি, মতৌ করম শ্রীকৃষ্ণবু নিঙগদগে

হায়বনচিংব তাকপিবা, থাওহুন মগুণ কৃমিত লৈরমত্রব তীর্থ, লীলাস্থলী পুরমকপু অমুক হয় হনৌ নৌন মগুণ হাপ্লিহন কলিগী জীববু হরিনামতন লানবিগে, হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌব তম্বিনবগী-দমক শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু হায়ন নবদ্বীপ্ত অবতার তৌবিরবনি।

হৌজিক্কী মতমদ ময়াম বৃন্দাবন চন্দ্রন লীলাস্থলী পৃরমক দর্শন তৌজব ফংলিব অসি কলি পাবন অবতার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী কৃপাদগী ফংজরিবনি; মরম অহন তোল্লবন শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী চরণ খম্বাল ধনিবু চেংন কোঞ্জরগ হয় হয় ভক্তি কংচরি।

—ইতি

দীনতম্
লেখক

অহানব লহরী

# শ্রীশ্রীবৃন্দাবন মহাত্ম্য

তথাহি বংশী শিক্ষায়াং :—

রাধা ষোড়শনাম্নাঞ্চ বৃন্দানাম শ্রুতৌ শ্রুতম্।
তস্যা রম্য বনং গোপ্যং তেন বৃন্দাবনং স্মৃতম।
রাধা ষোড়শনাম্নাঞ্চ বৃন্দানাম শ্রুতৌ শ্রুতম্
তস্যা ক্রীড়া বনং রম্যং তেন বৃন্দাবনং স্মৃতম।

বংশী শিক্ষাদা হায়রিবি ইবেন্দ রাধারানীগী মিং তাপাকক্কী মমুংদা ইবেম্মবু বৃন্দা হায়না কৌই। অমুক্তংগা ইবেম্মগী পোক্নফম, লৈফম অমসুং শান্নফম ওইরিবা অথুপ্পা মফম অদুবু শ্রীবৃন্দাবন হায়না শ্রুতিদা হায়রি

শ্রীধাম বৃন্দাবন হায়বা মফম অসিদি ক্রোশ মরিফুমরি পাকপ বন তরানিথোই, উপবন তরা নিথোই পুন্না লৈদুনা কালিন্দি যমুনার থোংশিনবা তীর্থ খুদিংমক্কা পুন্না লৈবা, বনদেবী বৃন্দাদেবীন ডাক-লেন্দুনা লৈরিবা ইবুঙো ইবেন্দ অনিমক্কী নবলীলা শান্নফম ওইরিবা অথোইবা ধাম অমনি।

শ্রীধাম বৃন্দাবন অদুদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রন নরজন্ম ওইনা অবতার লৌবীবা মতমদা ইবুঙো ইবেম্মা অনিমক্কী লোয়নবা লোয়নবী কয়াগা লোয়নন শ্রীধাম অসিদা প্রকট ওইবিবগা নিত্যবিজন নরলীলা শান্নবিখি।

অহানবদ ইবুঙোন শ্রীবৃন্দাবনলীলা, অনিশুবকপদ মথুরা লীলা অহুম শুবকাদদ দ্বারকা লীলা শাম্নবিখি। ইবুঙোন দ্বারকা লীলা লোইশিল্লগদুনা ইবেম্মা অমস্তুং সখা সখীশিংগ লোইননা নিজধাম গোলোক বৃন্দাবনদ লেংশিনবিরে।

ইবুঙোনা মনাই উদ্ধবকী মফমদা তাকপিখি, উদ্ধবা ঙসিদগী হৌজিক খুদিংমক মমিং ভরেংনিগী মনুংদ দ্বারকা অসি সমুদ্র মনুংদ চংশ্রগনি, নত্তন বজ্রনাভপু মথুরা সিংহাসনদ নিংথৌ অভিষেক তৌবিরম্লগ বদরীকা- শ্রম চত্তুনা ভজন তৌদুনা লৈবরো হায়না তাকপিরম্লগ অন্তর্দ্ধান ওইরে। উদ্ধবনা ইবুঙোগী য়াথং মতুংইন্না বজ্রনাভপু মথুরা সিংহা- সনদ নিংথৌ অভিষেক তৌবিরম্লগ বদরীক শ্রম চংখিরবনী।

বজ্রনাভ মথুরাগী নিংথৌ ওয়দুনা লৈবাক মপা তপ্ন পানখি। বজ্রনাভ কৃষ্ণভক্ত লৈব মথৌনা ফব, মঙাঙ্গল কনব, প্রজাবু মচাগুম্না নিঙবা নিংথৌ ওইরম্মী। শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রন খনখি, ঐন শাস্ত্রগী ব্রজপ্রকট লীলা অসি মূর্ত্তি নিরূপণ তৌবগ থমহন্নগে খল্লদুনা মত্তু ইবেম্ম রাজা দেবাগী মপুক্ত চত্তগ মচানিপা বজ্রনাভবা মখন্দা মূর্ত্তি নিরূপণ তৌনবগীদমক তামখি।

ইবুঙো। ইবুধো শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র হায়বা অসিদি লাই, মী থুদিঙ- মক্ক মাগী চরণতবু ভজন নিংজন্নিব জগৎপু শেম্বিব মপুনি, বাদেন হয়েং চারোন শরোন কাওব লৈহৌনব অমদি কলিগী মীওইন পোক- পশিংবুস্থু খঙজহৌনবগীদমক শ্রীবৃন্দাবন অমস্তুং মথুরাগী মফম থুদিংদ মূর্ত্তি নিরূপণ তৌরগ সেবা চংনসি।

মমাগী রা তারগ বজ্রনাভ মপুক্লিং য়াম্না হন্নাওনা মূর্ত্তি নিরূপণ তৌনবন্দিনবক বিশ্বকর্ম্মাবু কৌহল্লুরে। বিশ্বকর্ম্মা না ক্রুন যজ্ঞ নিঙথিন তৌনগ মূর্ত্তি নিরূপণ তৌব হৌখি। অহানবা মূর্ত্তি অম নিরূপণ তৌরহুন মমাদ হায়খি— ইমা! মূর্ত্তি অসি অমুক্তং য়েংবিয়ু, মমান মূর্ত্তি অদুগু য়েংলগ হায়খি, ইবুংগো। অহানব মূর্ত্তি অসিগী মখুংদা বদনগী শরুক নত্তুন অতৈ শরুক অমত শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী রূপ মাদে, মূর্ত্তিদু থম্নগ অনিশুব মূর্ত্তি অম অমুক নিরূপণ তৌবে, মমান য়েংবদ ইন্দক্কী অনিশুব মূর্ত্তি অসিন বক্ষস্থলগী শরুক নত্তুন অতৈ অমত মান্দে, মতুংদ অহুমশুব মূর্ত্তি অম অমুক নিরূপণ তৌরে, অহুমশুব মূর্ত্তি অসিন চরণগী শরুক নত্তুন অতৈ শরুক অমত মান্নবদে। অদুদগী মরিশুব মূর্ত্তি নিরূপণ তৌরব হায়রদা, ইবুংগো মূর্ত্তি অপূং ফাবে অনৌব মূর্ত্তি অম অমুক হন্দ শারগদু হায়না মমান মূর্ত্তি [illegible] খি।

মূর্ত্তি অহুমক অসি অভিষেক তৌরগা সেবা তৌরর্সি, অহানবদা ভগবতী পৌর্ণিমাসী অমুক্ত বৌথো, মহাক্কী লীলা থুমিজনক য়াদ্রবা য়েবৌগি, মাহাকপু মূর্ত্তিশিং অসি য়েংহল্লগা ভোপ্প ভোপ্প ফং খোঙগ প্রতিষ্ঠা তৌরনি। মত থখিবন পৌর্ণিমাসীবু কৌহল্লুরে। পৌর্ণিমাসীনা মতম কুইনা মথক্রব ইবুংগোগী রূপশি অদুবু মনৌ নৌন দর্শন ফঙজবা অদা প্রেম বাংগুনা লৈনাইদা তাখি। ভাইহাক লৈরগ বাহ্যজ্ঞান লাক্লুন মথংশিংনা ইবুংগোগী মিং খোনখি। অহানব বদনমথে মানব প্রতিমা অদুবু শ্রীগোবিন্দ হায়না খোনখি। অনিশুব বক্ষস্থল মথে মানব প্রতিমা অদুদুন

গোপীনাথ হায়না থোনখি। অহমশুবা চরণ মখৈত মানব বিগ্রহ অহুবুন শ্রীমদনগোপাল ( শ্রীমদনমোহন ) হায়না থোল্লহুন অভিষেক নিঙথিন তৌরগ বৃন্দাবনগী মফম খরদ সেবা চৎনবা হৌখি। মূর্ত্তি অহুম অসিন খ্বাইদগী ইহান হানবা মূর্ত্তিনি। মূর্ত্তি অহুম অসি প্রতিষ্ঠা তৌরবা মতুংদা অনৌবা মূর্ত্তি ভমাহুমদোই অমম্থু নিরূপণ তৌবগ নিঙথিন অভিষেক তৌহুন শ্রীবৃন্দাবন অমম্থুং মথুরাগী মফম অতৈদম্থু সেবা চৎনবা হৌখি।



## বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব মূর্ত্তিশিং

১। শ্রীবৃন্দাবনদ :— শ্রীগোবিন্দ, শ্রীগোপীনাথ, শ্রীমদনগোপাল (মদন মোহন), শ্রীসাক্ষীগোপাল, শ্রীগোপেশ্বর মহাদেব, শ্রীবৃন্দাদেবী।

২। মথুরাদ :— শ্রীকেশবদেব, ভুতেশ্বর মহাদেব, মহাদেবী।

৩। গোবর্দ্ধনদ :— শ্রীনাথ গোপাল (গিরিধারি গোপাল) শ্রীহরিদেব, শ্রীচক্রেশ্বর মহাদেব।

৪। কাম্যবনদ :— শ্রীকামেশ্বর মহাদেব।

৫। মহাবনদ :— শ্রীবলদেব।

৬। চীরঘাটতা :— কাত্যায়নী দেবী।

৭। সংকটতা :— সংকট বাসিনী দেবী।

অসিনচিংদ মূর্ত্তি তরাতরুক অসি প্রতিষ্ঠা তৌরগ বৃন্দাবন অমসুং মথুরাগী মফম মফম থুদিংদ সেবা নিংথিন তৌহনখি।

বজ্রনাভকী মতুংদ মাগী মচা প্রতিবাহুন মতম কুইন সেবা চত্থনা লৈরমী, অদুগী মতুংদগী ধর্ম্ম অসি নোংম নোংগী ওইন হন্থরকখি। সৌব, বৌদ্ধ, জৈন ধর্ম্মশিং অসিগী মপাঙ্গল কনথংলকপদগী নোংম নোংমগী ওইন ধর্ম্ম অসি মাঙশিল্লকখি। অদুগী মথক্ত খৃষ্টগী শতাব্দি ১১গী মতুংদা গাজিনীগী মামুদনা মথুরা আক্রমণ তৌখি, মতম অদুদ মাগী অত্যাচারদগী খাঙবা ঙমদ্রহন বিগ্রহশিং লৈমুং চনশিন্দুন কনা থঙহন্দন লোৎনখি, অনিকপ,

পুন্থন চৎপ যাব বিগ্রহ শরন পুন্থন চেন্নখি। অদুদগী বৃন্দাবন অসিগী মগুণ অপূন্ন মাংখ্রনুন অশেংব বন জঙ্গল ওইহুন লৈরকখি। বৃন্দাবনগী মহুংদ মাওদব হায়বদু শ্রিধাম অদু গিরি গোবর্দ্ধন অসি নত্তন কুঞ্জ, কুণ্ড, লীলাস্থলী অমস্ত মন্দির অপূন্ন পুম্নাং মাংখি, মতুংদ দাস শাহগী কুতুবউদ্দিন পানবা মতমদ মথুরা অসি ডিল্লিগী মতুং চলহনখি।

খৃষ্টগী শতাব্দি ১৫গী লোইরমদাইদ শ্রিকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুন নবদ্বীপ্ত অবতার তৌরকপদগী মণিপুরন লৈনম্নব বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি খর খর মরাই হাংগৎলকখি। ইবুংঙোন মাগী ভক্ত পার্ষদ শ্রিলোকনাথ, ভুগর্ভ গোস্বামী অনিবু থাদন লুপ্ত ওইরম্লব তীর্থশিং উদ্ধার তৌহনখি। নববৃন্দাবন যোঙবদি মখোয় অমি অসিন খ্বাইদগী ইহান হানবনি। মখোয় অনিন খৃষ্টাব্দ ১৫১০ দ বৃন্দাবনগী মতুংদ শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী জয়পতাকা খিনবিখি। মতুংদ ইবুংঙো মশামক্ত খৃষ্টাব্দ ১৫১২ কার্ত্তিকী পূর্ণিমা মুমিত্ত শ্রিবৃন্দাবনদ খোংদাবিহুন সেবা কুঞ্জগী মঙ্গে মখোংদ লেঙশিনবিখি, মফম অদুদ লৈবিহুন কালীদমন ঘাট, বস্ত্রহরণ ঘাট, রাসমণ্ডল, বংশীবট পুখোকখি। মতম অদুদ ইবুংঙোন লেংশিল্লম্ব মঙ্গে মখোং অদুদ ইবুংঙোগী চরণ চিহ্ন লৈ অদুগ ইবুংঙোগী বিগ্রহস্থ লৈ মদুবু আমলিভদা মহাপ্রভু হায়ন ময়াম্ব হৌজিক দর্শন তৌনবি।

অদুগী মতুংদ শ্রিকুণ্ড অনিমক পুখোকপিখি, মতম অদুদ শ্রিকুণ্ড অনি অদুদি "শিতলকুণ্ড" হায়ন লৌবুক ওয়ন লৈরম্মী।

ইবুঙোন তমাল মখোংদ লেঙশিনবিরগ লৌবুক অমি অতুদ স্নান তৌবিদুন শ্রীরাধাকুণ্ড শ্রীশ্যামকুণ্ড অনিত্ত অসিনি হায়না ময়াম্ব খঙহনবিখি। ইংঙোন লেংশিনলম্ন তমাল মখোঙ অতুদ মন্দির অমদ ইবুঙোগী বিগ্রহ লৈ, মতুং তমালতলা মহাপ্রভু হায়না হৌজিক ময়াম দর্শন তৌনবি।

মতুংদ ইবুঙোন অংগোপ-অতোপ্পা ভক্ত পার্ষদ থাবিরগ লুপ্ত তীর্থ ময়াম অমত্তু লৈরোম্প চন্দন থমগ্রব বিগ্রহশিং মথং মথং পুখোকখি। মখোই অমুগী মন্নুংদগী শ্রীলোকনাথ গোস্বামী, শ্রীপরমানন্দ ভট্টাচার্য্য, শ্রীরূপ, শ্রীসনাতন, শ্রীজীব, শ্রীগোপালভট্ট, শ্রীশ্যামানন্দ, শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামী, গোস্বামীশিং অসিন অথোইবনি। পুরুষগী ইহান হানবদ শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীন শ্রীনাথ গোপাল ( গিরিধারী গোপাল ) মতুংদ মাগী শিষ্য অদ্বৈত প্রভুন শ্রীমদনগোপাল ( মদন মোহন ) পুখোকখি। অমুগী মতুংদ গোস্বামীশিংন অমমম ওইনা মথ মথ পুখোকখি। মতৌ অসুম মাঙখিবগুম লৈরম্লব বিগ্রহশিং অমসুং বৃন্দাবনগী লীলাস্থলী পুম্নক অমুক হন্না ইনৌ নৌন পুথোকখি, পুম্মক অসি কলিগী পাবন অবতার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী কৃপাদগীনি।

———

# শ্রীবৃন্দাবনগী সাত দেবালয় বিগ্রহশিং

(১) শ্রীগোবিন্দগী মন্দির:—শ্রীগোবিন্দ বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব অহানব বিগ্রহনি ; শ্রীরূপ গোস্বামীন যোগমায়াপীঠ ( গোমাটিলা )দগী অবিষ্কার তৌহুন বৃন্দাবনদ সেবা চৎলম্ব হৌজিক জয়পুরদ লৈরে। অনৌব বিগ্রহ অম প্রতিষ্ঠা তৌরগ মন্দিরদ লৈ।

(২) শ্রীগোপীনাথ মন্দির :— শ্রীগোপীনাথ বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব অনিরুদ্ধরূপ বিগ্রহনি। শ্রীপরমানন্দ ভট্টাচার্য্যন বংশীবটতগী ফংখিব মাগী শিষ্য মধু পণ্ডিতপু সেবা চংহনখিব হৌজিক জয়পুরদ লৈরে। অনৌব বিগ্রহ অম প্রতিষ্ঠা তৌরগ হৌজিক মন্দিরদা লৈরি।

(৩) শ্রীমদনমোহন ( শ্রীমদনগোপাল ) মন্দির :— শ্রীমদনমোহন বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব অহমশুদ্ধরূপা বিগ্রহনি। শ্রীসনাতন গোস্বামীন চৌবে ব্রজবাসীগী মথুরাদগী ফংখিব মাগী শিষ্য কৃষ্ণদাস কপুরন সেবা চৎলম্ব হৌজিক করোলীদ লৈরে। অনৌব বিগ্রহ অম প্রতিষ্ঠা তৌরগ মন্দিরদ লৈরি।

(৪) শ্রীগোকুলানন্দ ( রাধাবিনোদ ) :—শ্রীরাধাবিনোদ বিগ্রহ অসি লোকনাথ গোস্বামীন বাবট কিশোরী কুণ্ডদগী ফংখিব বিগ্রহ হৌজিক জয়পুরদ লৈরে। অনৌব বিগ্রহ অম প্রতিষ্ঠা তৌরগ

হৌজিক মন্দিরদ লৈরি। শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীন শ্রীগোকুলানন্দ কৌব যুগল মূর্ত্তি অম প্রতিষ্ঠা তৌরগ সেবা চংখিবদগী শ্রীগোকুলানন্দ মন্দির হায়ন বৃন্দাবনগী মনুংৱ খঙনরি।

(৫) শ্রীরাধারমন মন্দির :— শ্রীরাধারমন বিগ্রহ অসি শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামীন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব বিগ্রহ হৌজিক বৃন্দাবনদ লৈরি।

(৬) শ্রীরাধাদামোদর মন্দির:— শ্রীরাধাদামোদর বিগ্রহ অসি শ্রীরূপ গোস্বামীন মপুংন নিরূপণ তৌরগ মহাক্কী সেবক শ্রীজীব গোস্বামীনু সেবা চংহনখিব বিগ্রহ হৌজিক জয়পুরদ লৈরে। অনৌব বিগ্রহ অম প্রতিষ্ঠা তৌরগ মন্দিরদ লৈরি।

(৭) শ্রীশ্যামসুন্দর মন্দির :— শ্রীশ্যামসুন্দর বিগ্রহ অসি শ্রীশ্যামানন্দ প্রভুন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব মাগী সেবক গোবিন্দন সেবা চংলম্ব বিগ্রহ হৌজিক জয়পুরদ লৈরে। অনৌব বিগ্রহ অম প্রতিষ্ঠা তৌরগ হৌজিক মন্দিরদ লৈরি।

মথক্কী মন্দির তরেং অসিবু শ্রীবৃন্দাবনগী সাত দেবালয় হায়ন প্রসিদ্ধ ওইরি ; মরমদি মন্দির তরেং অসিন ইহান হানব খাইদগী কুইরব মন্দিরনি হায়দুনা সাত দেবালয় হায়না কৌখি। মসিবু ভক্তিগ লোয়নন পরিক্রমা তৌজরবদি বৃন্দাবন অপূর্ব পরিক্রমাগী ফলগ চপমান্নে হায়ন ভক্তিগ্রন্থদ ময়েক লান বর্ণন তৌরি।

---

## শ্রীবৃন্দাবন মণ্ডলগী প্রসিদ্ধ

# বিগ্রহশিং

১। শ্রীসাক্ষীগোপাল :- বজ্রনাভ নিংথৌনা প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব বিগ্রহ হৌজিক কটকতা লৈরে। অনৌব বিগ্রহ অম প্রতিষ্ঠা তৌরগ হৌজিক মন্দিরদ লৈরি।

২। শ্রীরাধাশ্যাম যুগল মূর্ত্তি :- জয়দেব কবিন অজয় তুরেন কদম খণ্ডি ঘাটতগী ফংথিব বিগ্রহ হৌজিক জয়পুরদ লৈরে।

৩। শ্রীরাধাবল্লভ :- হরিবংশ গোস্বামীন সেবা চৎলম্ব বিগ্রহ হৌজিক বৃন্দাবনদ লৈরি।

৪। শ্রীবঙ্কবিহারী :- হরিদাস স্বামী (গায়ক) না নিধুবনগী বিশাখা কুণ্ডগী ফংথিব বিগ্রহ হৌজিক বৃন্দাবনদ লৈরি।

৫। শ্রীগৌরাঙ্গ নিত্যানন্দ :— মুরারী গুপ্তন সেবা চৎলম্ব বিগ্রহ হৌজিক বৃন্দাবনগী বনখণ্ডি মহাদেবগী মণ্ডপদ লৈরি।

৬। শ্রীগোপেশ্বর মহাদেব :— বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব বিগ্রহ হৌজিক বৃন্দাবনদ লৈরি।

৭। শ্রীবৃন্দাদেবী :— বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব বিগ্রহ হৌজিক কাম্যবনদ লৈরি।

৮। শ্রীহরিদেব :-- বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব বিগ্রহ হৌজিক গোবর্দ্ধনদ লৈরি।

৯। শ্রীনাথগোপাল ( গিরিধারি গোপাল ) বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব বিগ্রহ, মাধবেন্দ্র পুরীন অবিস্কার তৌরগ হৌজিক গোবর্দ্ধনদ লৈরি।

১০। শ্রীচক্রেশ্বর মহাদেব :— বজ্রনাভ নিংথৌনা প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব বিগ্রহ হৌজিক গোবর্দ্ধনদ লৈরি।

১১। শ্রীবলদেবজী :— বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব বিগ্রহ হৌজিক মহাবনদ লৈরি।

১২ শ্রীকাম্যেশ্বর মহাদেব :— বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব বিগ্রহ হৌজিক কাম্যবনদ লৈরি।

১৩। শ্রীকাত্যায়নী দেবী :— বজ্রনাভ নিংথৌনা প্রতিষ্ঠা তৌবম্ব বিগ্রহ হৌজিক বৃন্দাবনদ লৈরি।

১৪। শ্রীসংকট মোচনী দেবী :— বজ্রনাভ নিংথৌনা প্রতিষ্ঠা তৌবম্ব বিগ্রহ হৌজিক বৃন্দাবনদ লৈরি।

শ্রীবৃন্দাবন সাত দেবালয়দ লৈরম্ব অবীব বিগ্রহ খরদি খৃষ্টাব্দ ১৬৭০ গী আওরঙ্গজেবন পানব মতমদ মাগী সেনাপতি কালাপাহাড়ন ইনশিন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী মন্দির মতোম চূড়া আগ্রাদগী তোপন কাপশিন্দুন থুদেকপ অমসুং মন্দির ময়াম থুগায়বদগী মাগী অত্যাচারদগী কন্নবগীদমক জয়পুর মহারাজ জয়সিংহগী মতেংন জয়পুরগী মফম খরদ পুহন চংখিবদগী জয়পুরদ অহুম লৈপ্রবনি। অহুম অদুগুম বৃন্দাবনগী দেবালয়শিং অহুম অনৌব বিগ্রহ অমমম প্রতিষ্ঠা তৌহন হান্নগুম মন্দিরদ সেবা চংলি। শ্রীবৃন্দাদেবীন বৃন্দাবনদগী জয়পুর তান চংপ মতমদ কাম্যবন যৌরকপ মতমদ রথকী চাকা পুম লৈমুংদ চওখিহন চংপ য়াদবদগী মফম অদুদ অহিংহুম পনখি।

মতম অহুদা মহারাজগী মমতদ বৃন্দাদেবীন তাকপিখি, ঐদি বৃন্দাবন খাদোক্তুন কদৌঙৈদস্রু মফম অতৈদ চৎলোই, ঐগী ইবুঙো ব্রজরাজ নন্দনন্দনদি বৃন্দাবনদগী খোঙফম অমত লেঙখোক্তে, অদুন ঐদি অসিদ লৈহৌরগে হায়রদুন বৃন্দাবনগী মনুং কাম্যবনদ অহুম লৈহৈরে। বৃন্দাদেবীবু থনমগ নিংথৌন ইরাই লাথন বিগ্রহশিং অদু পুবগ জয়পুর তান্না চৎখি, অদুদগী জয়পুরদ অতুম লৈগ্রবনি।

তথাহি শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতে শ্রীরূপ শিক্ষা :—

কৃষ্ণকে বাহির নাহি করিহ ব্রজ হইতে।
ব্রজ ছাড়ি কৃষ্ণ কভু না যান কাঁহাতে॥

তথাহি লঘুভাগবতামৃতে :—

কৃষ্ণোঽন্যো যদু সম্ভূতো যস্ত গোপেন্দ্র নন্দনঃ।
বৃন্দাবনং পরিত্যজ্য পাদমেকং ন গচ্ছতি॥

মতাং অসিদ শ্রীবৃন্দাবন মহাত্ম্য, মূর্ত্তি প্রতিষ্ঠা, সাত দেবালয়, প্রসিদ্ধ বিগ্রহশিং মূর্ত্তি পুথোকপ কৌব অহানব লহরী লোইজরে।

অনিশুব লহরী

# লুপ্ত ওইরবরব সাত দেবালয় বিগ্রহশিং নৌন পুখোকপগী বারি

শ্রীগোকুলানন্দ মন্দির :– হৌজিক বৃন্দাবন সাত দেবালয়গী মন্নুংদ শ্রীগোকুলানন্দ মন্দির হায়বিব অসি অহানবদ শ্রীরাধাবিনোদ মন্দির হায়ন কৌরম্মী। শ্রীরাধাবিনোদ বিগ্রহন জয়পুর তাম স্থানান্তর তৌখিবদগী বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীন গোকুলানন্দ কৌব যুগল বিগ্রহ অম প্রতিষ্ঠা তৌদুনা সেবা চংখিবদগী শ্রীগোকুলানন্দ মন্দির হায়ন কৌখিবনি। মন্দির অসিদ অনৌব শ্রীরাধাবিনোদকী বিগ্রহ অমগ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুন মনাই রঘুনাথ দাস গোস্বামীগী মফমদ পীবীখিব গোবর্দ্ধনশিলা অহুনে মন্দির, অসিদ বিগ্রহ অহুম সেবা চংলি।

শ্রীলোকনাথ গোস্বামীঃ—শ্রীলোকনাথ গোস্বামী বৈষ্ণবশিংগী মরক্তগী খোইদোকপ গুণ চেনব কৃষ্ণভক্ত অমনি। লোকনাথ যশোহর জেলাগী তালখড়ি গ্রামদ পদ্মনাভ চক্রবর্ত্তীগী ঔরষতগী সীতাদেবীগী গর্ভদ শকাব্দ ১৪১২ দ পোকখি। লোকনাথ, অদ্বৈতগী মফমদগী ব্যাকরণ, ভাগবত অমসুং শাস্ত্র অপুম নিংথিন তমখি; মহাক অসি নহা ওইন অথোইব পণ্ডিত অম ওইখি অমসুং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী মফমদ য়াম্ন ভক্তি লৈরখি। দিবানিশিদ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য

প্রভুগী চরণবু কাওব লৈখিদে। লোকনাথকী অসিগুম্ব ভক্তি অসি উবদ অদ্বৈত প্রভুন কৃষ্ণমন্ত্র দীক্ষা পীবিদুন শ্রীচৈতন্যগী চরন্দ চঙহনখি।

শ্রীচৈতন্যপ্রভুন পূর্ব্ববঙ্গ বিজয় চৎপ মতমদ তালখড়িগী মনাক্ত লৈব বরাঙ্গনা ভুরেল মপাল লোমদ লাক্লগ লোকনাথকী ময়ুমদ থুংলুই। পদ্মনাভ ইবুঙোবু উজবদ মুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈতদুন মচাবু প্রভুগী চরন্দ শিন্নখি।

পূর্ব্ববঙ্গ বিজয়গী মতমদ লোকনাথ প্রভুগী লোয়নবনি, পূর্ব্ব বঙ্গ বিজয় লোয়রগ য়ুমদ হনব মতমদ ইবুঙোন লোকনাথপু ময়ুমদ লৈক্লনব তাকপিখি। লোকনাথনা নঙ নয়ুমদ হল্লো মতম খর নমা নপাগী সেবা তৌরুখো; হয়েং মখোয়না লোকান্তর ওইগ্রব মতুংদ ঐন নঙবু কৌরক্কনি। ইবুঙোগী য়াথং হিকতোকপ য়াদবনিন ময়ুমদ হল্লগ মতম খর মমা মপাগী সেবা তৌদুন য়াম্ন রান লেনখি। খর লৈরগ মমা মপা অনিমক লোকান্তর ওইখিবন্মী।

শকাব্দ ১৪৩১গী অগ্রহায়নগী অথেঙব অহিংদ ময়ুম থাদোক্লন ক্রোশ* নিপালগী লম্বী খোঙন চত্তুনা সন্ধ্যা য়াংব মতমদ নবদ্বীপ্ত থুংখি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা শ্রীবাস অঙ্গনদ (শ্রীবাসকী য়ুমদ) গদাধর, মুরারী মুকুন্দ, ভুগর্ভনচিংবগ লোয়নন নাম কীর্ত্তন তৌদুন লৈরন্মী। লোকনাথ ইবুঙোগী চরন্দ চঙশিন্দুন ভক্তি কংচখি, অন্তর্যামি ইবুঙোন পাম্বোম অনি তিঙথোক্লগ লোকনাথ! কন্বিগী ঐবু অসুক কুইন কাওবগে হায়ন কোনখৎপিরন্মী, লোকনাথ প্রভুগী তম্পাক্ত প্রেম

* মাইল অনিন ক্রোশ অমনি।

রাম্বখি; চেতন লাকপা মতমদ মাগী হান্নগী স্বভাব পূমহোং হোংল্লে, অমস্তুং বৃন্দাবনগী লীলা অপূম্ব মাগী হৃদিন্নুংদ পুংহো হোন উখি।

অতুগী মতুংদ ইবুঙোনা তাকপিখিঃ নঙ্ থুনমক বৃন্দাবনদ চত্লুনা লুপ্ত তীর্থ পুম্নমক পুথোকউরো, নঙগী লৈকমদি চীরঘাট ময়াগী বকুল তমাল কদম্ব হৌরিব মফম অদু মঙগী কুঞ্জনি; লুপ্ত তীর্থ উদ্ধার তৌরগ নোংচুপলোমদ বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি প্রচার তৌরমগদবনি; ঐস্থু শোয়দন লাকনি অতোপ অতোপ্প বৈষ্ণব-শিংস্থু থারকনি হায়দুনা ইবুঙোন বিদায় তৌরে, গদাধরগী শিষ্য ভূগর্ভগ লোয়নন বৃন্দাবন পাংন চংল্লে। মতম অতুগী লম্বীথোং থুদোংচাদবনিন মুনিং ২৩নি শুবদ শ্রীকৃষ্ণজন্মস্থান গোকুলদ থুংখি অতুগী মতুংদ যমুনা স্নান তৌজরগ শোঙল্লব মথুরা বৃন্দাবন্দা চঙশিল্লকখি; মতম অতুগী ব্রজবাসীশিং অহুদি ভক্তিজ্ঞান করি অমত্ত য়াওদব ভাক্ত ওইন তৌবম্মী, মফম কদায়দ করি লৈবনাচিংব করি অমত্ত খণ্ডলমদে; মুসলমানশিংমু কিবন মথোয়গী মূর্ত্তিশিং লৈন্নুংদ মী খঙহন্দন লোত্তুনা থনম্নগ চেন্নখিরম্মী।

বৃন্দাবনগী মন্নুংদ লৈরম্নিব হায়বনু শুপ্পগী থাম অদু, যমুনা, গিরি গোবর্দ্ধন অদুমক্ত ভায়রম্মী। ভক্ত বৈষ্ণব অনিতুন "হাকৃষ্ণ" ঐখোয়মু চানবীমু, "হা-রাধে" ঐখোয়বু চানবিমু, হা-ললিতে, হা-বিশাখে— ঐখোয়বু চানবিম, লীলাস্থলীন কদোমদ, বংশীবটন কদাইদ, নিধুবনন কদোমদ, রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ডন কদোম পাংবদ

লৈরিন, ঐখোয়দ খর তাকপিয়ু। হাঃ গৌরাঙ্গ প্রভো! পঙলব ঐখোয়দ কৃপা পীবিয়ুনা ইবুঙোগী মাংঅ অহূ অমুক্ত পাংথোকহনবিয়ু। অসুম তৌনা নাহা ব্রহ্মচারী অনি অহুন দিশানিশিদ কপ্ল-কপ্লহুন জঙ্গল মনুং অহূদ বোযন বোযন চৎতুন লৈখি।

ব্রজবাসীশিংন নিঙথিজপ্রব নাহা ব্রহ্মচারী অনি অহুন বাবিবহু উবদ অঙকপ পোকখি অমসুং চানবগীদমক শঙ্গোম, উটৈ পুবক্তুন পীবিরৈ। থবাই হিংনবগীদমক অফংব খরদং চাহুন লেপ্লি, থোইন মিহৌরুব লৈতে, মখোয় অনিন থরখি শ্রীগৌরাঙ্গন চৌন-ঘাটকী কুঞ্জদ লৈনব তাকপিরকখি তফুবু হৌজিক চৌরঘাটিন কপোযদ লৈবিব, হা চৌরঘাট! হা চৌরঘাট। হায়না কপ্ল কপ্লহুন জ্ঞান মাংহুন লৈমাযদ তাগ্রে। থাহুজ্ঞান লাকপা মতমদ দঙবৎ তৌন থুরমজবগ উখোং অমদ পোথাহুন ফমৎল্লে, ইবুঙোন মমঙ ওইন তাকপিখি, নখোয়ন পোথাবিব মফম অদুমক চৌরঘাটনি হায়না তাকপিখি। মরূপ অনি অহুন থম্নখি, মফম অসিদ ঐখোয়গী পুঞ্জ চুপ্প লেপ্লগদব মফমনি। মখোয় অনি অসিন ইহান হানব নববৃন্দাবন ফোঙথিব শ্রীগৌরাঙ্গন শীখিব তুতনি, মখোয়ন লুপ্ত তীর্থ অযাম্ব প্রকাশ তৌখি।

মতৌ অসুম লোকনাথ ভুগর্ভ অনিন শ্রীগৌরাঙ্গগী জয়পতাকা বৃন্দাবনগী মনুংদ শকাব্দ ১৪৩২ দ খিনখি। মখোয় অনিন মফম অহূদ লৈহুন শ্রীশ্রীকৃষ্ণ ভজন্দ মপুক্লিং লুপখি, অহিং দণ্ড ৪।৫ দগী হেম্ন পোথাদে। মতম খর লৈরগ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যন সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌহুন নীলাচল লোমদ পাংলক্লে হায়ব তাবদ লোকনাথন ইবুঙোবু

উন্নবগীদমক নীলাচল লোন দ পাংলক্রে। মফম অদুদগী ইবুঙোবু উন্নব ফংজ্রে, নীলাচলদগী দক্ষিনলোমদ লেংখ্রে তাবদ দাক্ষিণ-লোমদ অমুক পাংলক্রে। মফম অদুদগী ইবুংঙোবু উন্নব ফংজ্রে, দক্ষিণদগী বৃন্দাবন বিজয় লেংখ্রে তাবদ বৃন্দাবন পাংলক্রে, মফম অদুদগী ইবুংঙোবু উন্নব ফংজ্রে, বৃন্দাবনদগী কাশী প্রয়াগ লেংখত্রে তাবদ অমুক হন্না অদোমদ চংখবগী থন্দুনা লৈরিবদ ইবুংঙোন সপ্নদা পীরিম্খি। লোকনাথ নংনা তৌগদবা নথোয়দি তৌদনা হৌজং হন্দা চৎপদ অরাব তাহনা লৈরে, মহাক বৃন্দাবনদগী হেন্না ভতোপ্প মফম অমদ অমুক চংলগনু, এস্ত থুনা লাক্লগনি, লোকনাথনা খুমজ্ঞে ইবুঙোমু দর্শন পীবিদ শ্রীকৃষ্ণ থিবমু ফংদ ননাইদি লৈফম থঃদ্রে, করিগুম মুর্ত্তি অমতং ফংজ্রঙ্গনা মহুগী সেবা তৌজবদি অমুম লেনব য়াগনি, মতৌ অমুম লোক-নাথ উমরাংগী কিশোরী কুণ্ড মপান্দ উখোংদ লৈফম ওইখি।

অমুক ভীক্ষ চংলুরগ অফব থর চাব ফংদ্রগনা ব্রত তৌব, মতৌ অমুম উগোদ নাম শোন্দুনা লেনব হৌরক্লে। ব্রজবাসী-শিংন যুম এচা অম শাবিগে হায়রগনু মাদে, এন কৃষ্ণ থিব ফংজ্রব ফওব য়ুমদ লৈখিরোই। তোংম ভীক্ষা চংলুবগ উগোদ নাম শোন্দুনা ফমত্তুনা লৈরিবৈ মতমদ ব্রজবাসী অম লাক্লুনা লোকনাথ নঙন সেবা তৌজগে হায়বহু মুর্ত্তি অসি লৌজবো হায়না যুগলমুর্ত্তি অম পীরম্মী। লোকনাথনা ইঙক ঙক্লা মুর্ত্তি অত্তুবু য়েংলগ মুর্ত্তি অসিগী মিংন করি কৌব? শ্রীরাধাবিনোদ কৌই হায়রম্লগ ব্রজবাসী

অহু মাঙখয়ে, লোকনাথ মূর্ত্তি অহুবু মূন য়েংলগ মূর্ত্তি পীবম্নিব অসিন কনানো ? কদায়দগী কবম লাক্লিবা ? হায়ন মুকুম মুকুম শোন্দুন মিংফম হোংদন মূর্ত্তি অহুবু য়েংহুন লৈখি থুদক অহুদ মূর্ত্তিহু মা ভাঙলকলে, নঙন দিবানিশিদ মূর্ত্তি অমত সেবা তৌজগে তৌজগে হায়ব অহুদ ঐহাক খাচব মাদ্রহুন ইশান লাকচরবনি, ঐদি নংন্ন লৈরিব কিশোরী কুণ্ড অসিদ লৈরনি, কনান ঐবু পুরকনি। মূর্ত্তিহুগী মা ভারগ লোকনাথ মূর্ত্তিহুবু কোন্নগ কপ্তুনা লৈগ্রে, মূর্ত্তিনা অমুক হায়রকই, লোকনাথ কপ্তুনা লৈব কান্নদে, ঐহাক চাক চাদবা য়াম্ন কুইরবনি, চাক লাম্বন খাঙব ঙমদ্রে, ঐবু হাণ্ডন চাক থোংলগ পুক থম অমুক্ত পীজো। লোকনাথ কপ্প তোকলে, ইবুঙোন তাকপিখিব মতুংইন্ন ভীক্ষাদগী কংলকপ পোংশিং অহুন উখোংদ নিঙথিন থেংলগ ইবুঙোবু প্রসাদ ফংহল্লে। প্রসাদ কংলব মতুংদ আচমন্নচিংব লোইরগ উপা খর থেক্তুন মংশা খল্লদুনা, উন খর নিংথিন থাবগ ইবুঙোবু লেঙশিনহল্লে উনা চবুনা অমন হুমাইগী থোগল তৌবদুনা চাইহাক্কং বিশ্রাম তৌহন্নগ মপুক্লিং য়াম্ন হরাওন ইবুঙোগী অধরামৃত ফংজখি।

লোকনাথন খঙখি অহিংন কদাইদা অমুক ভীক্ষা চংপ মতমদন কনদোব ? মূর্ত্তিন হায়রকই নুংদাংন উ অসিগী অচৌব অহোব লৈরিব অসিদ ঐবু লৈহল্লু, অহুগ ঐদি চাওথোকে ঙম্মি, পিকশিনগে ঙম্মি, নঙগী খাওমচা অম লৈরিব অসিদ ঐবু হাপ-চিনথ নামঝুলিগুম্ন নঙক মান্দুন চংলু, নঙগ লোয়নন ভীক্ষা চংপহু ঐ'য়াম্ন পামৈ।

মূর্ত্তিগী বা মযাম অহ্ তারগ লোকনাথ থা[illegible] মূর্ত্তিবু চেৎন কোল্লগ কপ্পুন লৈখ্রে। মূর্ত্তিনা অমুক হায়রকই লোকনাথ কপ্পুন লৈব কান্নদ্রে, ঐবু উ অহোব অসিদ পোথাহ্নে। অতগ নাম শোন্দুন লৈরো। লোকনাথ মূর্ত্তি থাদোক্কন কোন্দুন বপ্পদগী মূর্শা ওয়ন তাত্তন লৈখি। জ্ঞান লাকপব মতুংদ কী অম থারগ উ অহোব অহুদ ইবুঙোবু বিশ্রাম তৌহল্লগ নাম শোন্দুন লৈখি। ইবুঙোগী মন্দিরদি নুংদাংন উ অহোব অমুক নুংথিলন লোকনাথকী ঝুলিন ওইহুন লৈখি।

মতুংদ কনাগুম্ব ভক্ত অমন মন্দির শাহুন ইবুঙো নিংথিন লেংশিল্লগ থমখি। মতৌ অসুম্ব লোকনাথ গোস্বামীন শ্রীরাধা-বিনোদ পুথোকখি। লোকনাথকী বারীদি য়াম্ন শাংথরে গ্রন্থ বাহুল্য কীজবদগী মক ওইব থরদং পীজরিব অসিনি। মতৌ অসুম্ব লোকনাথন মাগী সেবকশিংদ সেবা শিম্নরগ চহি চামদগী হেম্ন বৃন্দাবনগী থন্দির বনগী ম্নুংদ ভজন তৌহুন মপুঙ্থি লেনখি। শকাব্দ ১৫১০ গী শ্রাবনী কৃষ্ণা অষ্টমী নুমিত্ত লোকনাথ সংসার থাদোক্কুন চৎখি।

## শ্রীগোবিন্দ মন্দির

শ্রীসনাতন গোস্বামীন মদনমোহন পুথোকপ্রর মতুং, খুদ লৈবগ শ্রীরূপ গোস্বামীন যোগমায়াপীঠ (গোমাটিলা) দগী শ্রীগোবিন্দ ফংখি। শ্রীগোবিন্দ বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব ইহান হানবা মুর্ত্তিনি। মূর্ত্তি অসি খৃষ্টাব্দ ১৬৭০ দ আওরঙ্গজেবকী অত্যাচারদগী জয়পুর তান্না স্থানান্তর তৌখিবদগী জয়পুরদ লৈখি। অনৌব বিগ্রহ অম অমুক প্রতিষ্ঠা তৌরগা মন্দির অসিদ লৈরি, অরীব গোবিন্দ মন্দিব মতোন চুডা থুদেকখিবদগী অনৌব মন্দির অমদ ইবুঙো লেপ্তুশিন্দুন লৈরি।

শ্রীরূপ গোস্বামীঃ—শ্রীরূপ গোস্বামী বৃন্দাবন মন্নদ লুপ্ত তীর্থ খর উদ্ধার তৌরগ বরি বরম তৌগদগে হনবদ অৱাব ওইখি। অমুক ব্রজবাসীগী মযুমদ ভীক্ষা চংলুরে হল্লকপ চাগনি থক্কনি খন্দন বাখন্দ উংহুন লৈখি; করিগুম্ব বিগ্রহ অমতং ফংজহুন অহুগী সেবা তৌ-রুববদি এগী পুঞ্জি অসি লেনব য়াগনি হায়ন দিনানিশিদ খন্দুনত লেংখি। মাটগী অৱাব উবদ ইবুঙোন কৃপা পীবিগে খল্লহুন নোংম মুংগিল অম যমুনা মপান্দ ফমহুন বাখল তৌহুন লৈম্বিঙৈদ ভগবানরূপী ব্রজবাসী অম লাক্কুন গোস্বামী অহুক বান করি খল্লিরা ?

শ্রীরূপন খুমজখি, লুপ্ত তীর্থ খরস্থ পুথোকচবে অহুগ মূর্ত্তি অমজং ফংজহুন মহুগী সেবা তৌহুন লৈজরবদি অৱাব অসি

কোক্কনি, মসিগী মাখলনি ঐনা তত্তন খঙ্গৎলিব। ব্রজবাসী অমুন হাযল্লকই করে অহুদি ঐগী ইভুং ইল্লকউ ঐ মফম তাকে হায়ন ব্রজবাসী অত্তন শ্রীরূপ গোস্বামীবু "যোগমায়াপীঠ" লোনদ পুরক্লগ লৈপুং লমদ যিন্দুন তাকখি, মফম অসিদ নিতিগী অয়ুক থুদিঙগী মণবী অম লাক্লগ তত্তন শক্লোম শুমথবৈ মসি গোবিন্দ স্থলনি হায়ন তাকপিবল্লগ ব্রজবাসী অমু মাংখবে। হমি যেংথোক্লকপদ ব্রজবাসী লৈরমদব অমুদ শ্রীরূপ করিনো তৌরিব অসিবু হায়ন খল্লুবদ বাম্বুহুন লৈমায়দ তাখি, জ্ঞান লাক্লব মতুংদ ব্রজবাসী ময়াম কৌক্লুবগ মফম অমু তেঁথোক্লুন য়েংলুবদ মফম অমুদ শ্রীগোবিন্দ বিগ্রহ ঙান্দুন লৈরম্লে। শ্রীরূপ, ইবুঙোবু লৌখৎলগ ময়ামগী মতেংন যমুনাগী জল শোকলগ শ্রীঅঙ্গ নিঙথিন মার্জন তৌজখি; মতুং অমুদ ব্রজবাসী ময়াম্ন উনাগী থাংগ্রপোক অম থল্লহুন নিঙথিন অভিষেক তৌহুন ইবুঙোগী সেবা তৌবা হৌখি। শ্রীগোবিন্দ হেক ফংবগ শ্রীরূপ থীন্দন চিঠি অম নীলাচলদ শ্রীচৈতন্যগী মফমদ ইবুঙো প্রকট ওইবগী পাও থাজখি অমস্তুং সেবা তৌবিনব ব্রাহ্মণ মচা অমতংগ থাবিরক্লুব হাযজখি। প্রভুন চিঠি হেক ফংবগ মনাই কাশীশ্বরদ তাকপীখি কাশীশ্বর নঙ, বৃন্দাবনদ গোবিন্দ সেবা তৌকরো হায়ন তাকপিখি। ইবুঙোগী য়াথং তারগ কাশীশ্বরন খুমজখি, ইবুঙোবু খিংকুপ অমত্ত থাদোকপ ঙমজদে অমুগ তাকপিরিব য়াথংস্তু হিকতোকপ ঙমজদে ননাইবু করম তৌজৌ হায়বগে? প্রভুন খুদক অত্তদ গৌর গোবিন্দ মূর্ত্তি অম নিরূপণ তৌরগ কাশীশ্বরগী মথুত্ত

শিন্নরগ হায়রখি, মূর্ত্তি অসি পুন্থন চংখ্রে। শ্রীগোবিন্দগ গৌরগোবিন্দগ পুন্ন লাংখিন্নৌ, মূর্ত্তি অসিগ ঐগ কৱি অমত খেন্নদবনি, কৱিগুম্ নতৌন ঐবু উনিংব মতমদ মূর্ত্তি অসিদগী ঐবু উব ফজনি হায়ন গৌর গোবিন্দ মূর্ত্তি শিন্নরগ কাশীশ্বরবু বৃন্দাবনদ থাগ্রে। বৃন্দাবনদ গৌরগোবিন্দন, গোবিন্দগী য়েং শংবদ লেংশিল্লগ কাশীশ্বরন সেবা তৌহুন লৈখি।

শ্রীগোবিন্দন বৃন্দাবনদ প্রকট ওইরকপসিদ ইবেম্মন ইবুঙোগী নাক্ত লাকখিবগী ৱাবী "সাধনদীপিকা" ৬।৬—১৮ মথাংদা দক্ষিণাত্যগী রাধানগর হায়ব খুল অমদ বৃহদ্ভানু কৌব ব্রাহ্মণ ব্রহ্মচারি অম লৈরম্মী, মহাক্ত মতম পুম্বদ ইবেম্মবু মচানুপী অমগুম্ বাসল্য প্রেমদ ভজন নিংজখি। ইবেম্মগী প্রতিমা অম নিরূপণ তৌরগ মতম অপূম্বদ ইবেম্মবু মচানুপী অমগুম্ ভজন সেবা তৌজখি। মতম শাংন সেবা তৌবব মতুংদ ব্রাহ্মণ সংসার ত্যাগ তৌগ্রে। খুলগী মীশিংন মতম খর ইবেম্মবু সেবা তৌরম্মী। নোংম উৎকল নিংথৌ প্রতাপরুদ্রগী মমঙদ ইবেম্মন ভাকপিখি ঐহাকপু নহাক্তা পুবগ জগবন্ধুগী চক্রবেড়দ থম্বিরগ সেবা খর তৌবিয়ু। নোংহেক ভানবগ প্রতাপরুদ্রন ইবেম্মবু পুররগ চক্রবেড়দ থমহুন লক্ষ্মীগুম্ সেবা তৌহুন লৈখি। শ্রীরূপ গোস্বামীন শ্রীগোবিন্দ আবিস্কার তৌরে হায়ব ভাবদ ইবেম্মন ইবুঙোগী নাক্ত লাক্লিংহুন উৎকল নিংথৌমচা পুরুষোত্তমগী মমঙদ ভাকপিখি। হৌজিক্তি ঐগী ইবুঙো নন্দনন্দননা বৃন্দাবনদ প্রকট ওইরবনিনা

ঐবু ইবুঙোগী মাক গদাধরগী শিষ্য অনি নেরুগ থর খিনবিমু। নোং হেক ভান্থগ পুরুষোত্তমন গদাধরগী শিষ্য অনি নেরুগ ইবেম্মবু বৃন্দাবনদ পুরগ ইবুঙোগী ওয়থংবদ লেৎশিন্নগ নিঙথিন সেবা তৌখি। মতৌ অসুম্ন শ্রীরূপ নিঙথিন প্রতিষ্ঠা তৌরম্লগ কাশীশ্বরগী মফমদ সেবাগী ভার পুম্ব পীরম্লগ ভক্তিগ্রন্থ ইব হৌখি। শ্রীরূপ গোস্বামীন ইরম্ব ভক্তি গ্রন্থশিং :— ভক্তিরসামৃতসিন্ধু, উজ্জ্বলনী-লমনি, লঘুভাগবতামৃত, বিদগ্ধমাধব, ললিতমাধব, নিকুঞ্জরহস্য, স্তবমালা, শ্রীরাধাকৃষ্ণগণোদ্দেশ দীপিকা, মথুরা মহাত্ম্য, উদ্ধবসন্দেস হংসদূত, দানকেলী কৌমুদী, শ্রীকৃষ্ণজন্মতিথিবিধি, প্রযুক্তাখ্যাত-মঞ্জরী, নাটক চন্দ্রিকা অসিনচিংব ভক্তিগ্রন্থ মদোম ইবিরম্লগ সেবক শ্রীজীবগী মফমদ প্রচারগী ভার পুম্বক শিন্নরম্লগ শকাব্দ ১৪৮০গী শ্রাবণী শুক্লা দ্বাদশী তুমিত্তু বৃন্দাবনগী মমুংদ তিরোধান ওইবিখি।



## শ্রীগোপীনাথ মন্দির

শ্রীগোপীনাথ বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌবম্ব অনিশুব মূর্ত্তিনি। মুত্তি অসি পরমানন্দ ভট্টাচার্য্যনা বংশীবটতগী ফংখি। মাগী শিষ্য মধু পণ্ডিতপু গোপীনাথকী সেবা তৌহনখি। হিজয় মূর্ত্তি অহুদি খৃষ্টাব্দ ১৬৭০ গী আওরঙ্গজেবকী অত্যাচারদগী কন্নবগী-দমক জয়পুব তান স্থানান্তর তৌখি। অমুক অনৌব বিগ্রহ অম প্রতিষ্ঠা তৌরগ মন্দিরদ লৈরি।

শ্রীপরমানন্দ ভট্টাচার্য্য :— শ্রীপরমানন্দ ভট্টাচার্য্য গদাধর পণ্ডিতকী গণনি, মহাক অসি ভক্তি শাস্ত্রগী গুরুনি অমসুং শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি প্রেমগী তৃঙনফমনি। বৃন্দাবনগী শ্রীরূপ সনাতন, শ্রীজীব-নচিংব বৈষ্ণব গোস্বামীশিংগী ভক্তিশাস্ত্রগী গুরুনি। মধু পণ্ডিতকী মতমদ শ্রীরাধারানী বিগ্রহ অম প্রতিষ্ঠা তৌরগ গোপীনাথকী ওয়রোমদ ভাস্লোইহরম্মী।

শ্রীমদনিত্যানন্দ প্রভুন অপ্রকট ওইপ্রব মতুংদ মচানিপা বীব-চন্দ্রগ লোয়নন শ্রীজাহ্নবা দেবীন বৃন্দাবনদ পরিক্রমা লেঙলকখি। মতম অদুদ শ্রীগোপীনাথ, শ্রীগোবিন্দ, শ্রীমদনমোহন মথং মথং দর্শন তৌরম্মী। শ্রীগোপীনাথকী ওয়রোমদ ভাস্লোইরিবী ইবেম্ম অম্বুন ইবুঙোদগী য়াম্ন নেম্ন লৈব উরুবদ থর খিত্তং নিনব ইবেম্ম অম কংশিমনিঙলম্মী। গৌড়দেশত হল্লকুগ অনিঙব প্রতিমা অদু নিরূপণ তৌরগ পরমেশ্বরীদাসকী মফমদ লুপা ময়েক চাতরেংক ফীরোল

সনাগী অলঙ্কারগ লোয়নন নবদ্বীপতগী বাটোংবোমদ পুন্থন বৃন্দাবনলেংমদ থাকখি। অদুগ হায়ঙখি ঐন পীরুখ্রিব বিগ্রহ আসন শ্রীগোপীনাথকী ওয়রোম থংনদ খর খন্বিয়ু হায়ন থাখিরম্মী। অদুগী মতুংইন্না হায়গী রাধা মুর্তিন গোপীনাথকী যেংলোমদ, জাহ্নবা দেবীগী মুর্তিন ওয়বোমদ লেঙশিল্লবই। মসুদ ভক্তশিংন যাম্না চিংনহুন খম্নবন গোপীনাথন তাকপীখি ঐগী চান্নবী আনঙ্গমঞ্জরীনি ওযদ লৈবগী গোইদোকপ কারব লৈতে হায়ন পূজারীশিংগী মমংদ তাকপীখি। অসোমদ ইবেম্মন য়েংলোমদ থংবগী মাং হোৱরকখি, মতাং অসিদ জয়পুর নিংথৌ অদুগ ভক্ত মমাম ত্রিন্নহুন খন্নবদ ইবেম্মগী মিচঙন হেল্লহুন ইবেম্মন ওয়রোমদ লৈনবগী বারেপ তাবদ; ইবুঙোন ইবেম্মগী বাসু জাহ্নবা দেবীগী রাপু খঙবনিন ইবেমদ হায়জহুন ইবেম্মগী য়াথংন জাহ্নবা দেবীবু ওয়রোমদ অদুম থংহনখি।

খর লৈবগ জাহ্নবা দেবী মাগী মীশিংগ লোয়নন অচাঅথক অহাওব চেংনাচংব পুবক্তন গোপীনাথ দর্শন তৌব লাকখি, মতম অদুদ জাহ্নবী দেবী ওয়োকপ দৃশ্য অম ওইন উজখি; মবমদি গোপীনাথকী য়েংওয় অনিদ ইবেম অনিন থৌগল তৌরিবদু; শংবাব তোমালনী নাকল অনিদ সনাগী উবিন থৌগল তৌবগুম অমংব নোং চবুলগী নাকল অনিদ নোংথাংন শান্নবগুম দৃশ্য অদু দর্শন তৌকবদগী জাহ্নবা দেবী মপুক্কিংদ ওয়োকপ প্রেম পোকখি। গৌড়দেশতগী পূরকপ অহাওব চেঙ, এনছাং পুন্নমক জাহ্নবা দেবীন

নিঙথিন হৌরগ ইবুঙো ইবেম্মবু লুক কংচখি। মতুংগী নুমিত্ত কনা খঙহন্দন জাহ্নবা দেবীন মন্দির মন্নুংদ চঙতুন দর্শন তৌরন্দ খুদক্ত থোঙ অহু মথন্ত লোনশিনখিরম্মী, গোপীনাথন জাহ্নবা দেবীগী ফীজি চিংশিল্লগ ইমুংঙাগী ওয়থংবদ ফমহনখি। জাহ্নবা দেবী মহাক্কী প্রতিমা অহূদ খুদক্ত লিন ওইখি। সেবাইশিংন থোঙ হাদোক্লুন য়েংলুবদ জাহ্নবা দেবীবু মন্দির মন্নুংদ উব ফংখিরে। ইবেম্ম রাধারানীন গোপীনাথকী ওয়থংবদ জাহ্নবা দেবীন অনজ মপ্তা ওইদুন ইবুঙোগী য়েংলোমদ লৈত্তুন ইবুঙো ইবেম্ম অনিগী সেবা তৌদুন লৈরম্লে। মতৌ অসূম্ম জাহ্নবা দেবী গোপীনাথকী মন্দির মন্নুংদ অপ্রকট ওইখি।

পদাবলী :—

গোপীনাথ জাহ্নবার বস্ত্র আকর্ষিয়া,
বসাইলা আপনার বাম পার্শে লইয়া।

সেবকেরা যখন দরজা খুলল, দেখল জাহ্নবা কাঞ্চন প্রতিমা হয়ে
গোপীনাথের দক্ষিণে বিরাজ করছেন।
সবে দেখে কাঞ্চন প্রতিমা মূর্ত্তি হইয়া।
বিরাজয়ে গোপীনাথের দক্ষিণে বসিয়া॥
বামপার্শ্বে শ্রীরাধিকা দক্ষিণে জাহ্নবা।
মধ্যে গোপীনাথ ইথে উপমা কি দিবা॥

## শ্রীমদনগোপাল ( শ্রীমদনমোহন ) মন্দির

শ্রীমদনমোহন অসি বজ্রনাভ সিংহৌন প্রতিষ্ঠা তৌবগী অষ্টম-স্তুব মূর্ত্তিনি। মূর্ত্তি অসি সনাতন গোস্বামীন চোবে ব্রজবাসীগী মযুমদগী ফংলকপনি। মসিগী বিজয় মূর্ত্তি অহূদি খৃষ্টাব্দ ১৬৭০গী আওরঙ্গজেবকী অত্যাচারদগী জয়পুর তান্না স্থানান্তর তৌখি। জয়পুর রাজকন্যান শ্রীমদন মোহনগী মকমদ মাম্না অনুরক্ত ভক্তিন সেবা তৌজবদগী করৌলী রাজা গোপাল সিংহদ লুহোংব মতমদ মদন মোহন মাংগন উংখি, অহূদগী করোলীদ লৈখিহুন করোলী মদনমোহন হায়ন খঙনখ্রে। অনৌব মূর্ত্তি অম নিরূপণ তৌরগ হাংনগী মন্দিরদ লৈরি।

শ্রীমদনমোহন বিগ্রহ অহানবদ অদ্বৈত প্রভুন মাধবেন্দ্র পুরীদ দীক্ষা তৌরগ বৃন্দাবন পরিক্রমা চংপ মতমদ অদ্বৈতবট ( কিশোরী) কুণ্ডদগী ফংখি ; মতুংদ চোবে ব্রজবাসীন নিহূন মযুমদ পুরগ সেবা তৌখিবনি।

**শ্রীসনাতন গোস্বামী :—** শ্রীসনাতন গোস্বামীন বৃন্দাবনদ লৈব মতমদ বৃন্দাবনগী মকম খুদিংদ ভীক্ষা চংপ মতমদ চোবে ব্রজবাসীগী মযুমদ থেংনখি ; মতম অদুদ চোবে ব্রজবাসীদি লোঙ্গাখিরম্মী, মাগী মূপী বল্লভাদেবীন শ্রীমদনমোহনবু বাৎসল্য প্রেমদ সেবা তৌরম্মী, চোবেগী মচাশিংঙা কম্মিন্নরগ চাক চামিন্নৈ। নোংম সনাতন গোস্বামীন চোবেগী মযুমদ ভীক্ষা চংলুবদ মদন-মোহন চোবেগী মচাশিংগ ইতৈ তৈন কম্মিন্নরগ চামিন্নবহূ সনাতননা

থোংনখি। সনাতন না মপুক্ত খঙখি বাসল্য প্রেমদ সেবা তৌরিব মওং অদু উরুবগ য়াম্মদি নুংঙাইজখি অতুম ওইনমক য়াম্ম গোংন সেবা তৌরিব অদুগী মরমদ খল্লুরগ মপূক্কিংদ থিক্কা ওইদুন সনাতন ময়ুমদ হল্লকই, চোবেগী মচাশিং অদুদি ইবুঙোগী অধরামৃত ফংজ-দগী লোঙ্গিন মুক্ত ওইখি।

শ্রীসনাতন গোস্বামী ময়ুমদ হল্লগ অদুগী বাখল্ল খন্দুন লেনখি, অহিং অদুগী মমঙদ মদনমোহননা তাকপিখি, সনাতন নঙন ঐবু নয়ুমদ পুবগ তুলসী পত্র, জলতগন সেবা তৌরো। নোংঙাল্লগ সনাতন গোস্বামীন চোবেগী ময়ুমদ হাল্লগুম ভীক্ষা চৎলুই, বল্লভা দেবীন হায়খি— গোস্বামীজী ঐ লাকুব তবদ্রে মদনমোহন অসি নঙ্‌ নয়ুমদ পুজখরো। সনাতন করি পাওথুম অমত পীবগদন নয়ুমদ হল্লকই। অতকপনি সূর্য্যঘাটকী খোংনাং মখোংদ মদনমোহন ভান্দুন লৈরম্লে, সনাতন গোস্বামী য়াম্ম হরাওন ইবুঙোবু খোংনাং মখোঙ অদুদ তুলসী পত্র, জল, আহাকুড়িন সেবা চংদুন লৈখি। মতম শাংন সেবা তৌরকুব মতুংদ নোংম সনাতনগী মমাংদ, সনাতন নঙগী আঙাকুড়ি অসিদ চাবদ ঐ য়াম্ম বাবে, অদুন থুম খরদংদি পীজৌ হায়না তাকপিখি, সনাতনন হায়খি— ওসন থুম, হয়েংন শঙ্গোম, হংচিংন ঘী, থাও হায়জিলক্কবদি ঐ পুব ভস্মরোই ভীক্ষারী ঐন কদাইদগী থুম নিক্কনি, রাজভোগ পাম্বিরবদি ইবুঙোন অদুম শিন্দুন তৌবিরো হায়না মমঙদ কপ্প খংনরমই। নোংঙাল্লগ সনাতন স্নাননচিংব লোয়রগ ভীক্ষা চত্তন রাখন্দ উংতুন লৈরিঙৈ

মতনদ, অংকখনি ইবুঙোন শিন্নব, মতম অহুমক্ত, মুলটান দেশকী কৃষ্ণদাস কপূর কৌব লল্লোনব অনন মাগী অচৌব লল্লোনপোং পুব জহাজ অম ডিল্লিদগী আগ্রা তাম্ন লাকপদ সূর্য্যঘাটকী ঈরেপ্প লেঙব য়াদন পন্দুন লৈখি ; ফন হোংনতুনসু অসুম অসুম লুপথ-খিরম্মী। উপায লৈত্রতুন মথক্ত কাখংলগ সনাতনগী মকমদ হায়জখি, সনাতনন হায়খি, ঐন উপায় ঙম্লোই শ্রীমদনমোহনজীগী মকমদ নিঙখিন হায়জৌ হায়ন তাকপিখি। মনিক থিন্দন মদনমোহনগী মকমদ ভক্তি তৌন হায়জখি, উপায় লৈজদ্রব ননাইবু কনবিমু লল্লোনব অসিদ কংজব অরেব মথৈ ইবুঙোগী চরন্দ কংচগে হায়ন মমিক্ত মপি তান হায়জরম্লগ, মনিক থীদন মফম অতুদ চঙ্‌ুন য়েংলুবদ অপনব প্‌ম নাম্থোক্লুন লুপথখিব জহাজ্ঞহু তাও-খংতূন লৈরম্লে। মনিক মুংঙাইমনপ্পতুন রাজভোগকী চানব ঘী, থাও, থুম, হবাই, য়ামনচিংব ঙমজব মথৈ পূবরুগ ইবুঙোগী চরন্দ কংলনে।

খৃষ্টাব্দ ১৬২৮ দ মদনমোহনগী মন্দির শাখি, অতুগ ইবুঙোগী মিংদ লৌ জমিদারী পুম্নমক কথোকতুন সন্ন্যাস তৌজরগ সনাতন গোস্বামীগী অন্তরঙ্গ সেবক ওয়তুন মদনমোহনগী সেবা পুজখি। মতৌ অসুম্ন সনাতন গোস্বামীন মদনমোহন পুথোকখি।

বৃন্দাবনদ শ্রীগোবিন্দ গোপীনাথ মদনমোহন প্রকট ওইরক-পগী পাও অসি উংকল নিংথৌমচা পুরুষোত্তমন তারতুন বৃন্দাবন পরিক্রমা লাকুন মথং মথং দর্শন তৌজখি। ইবুঙোগী নাকলদ

ঐহাক হাইনে রাধারানী অমত য়াওদনা লৈবা অহুম ময়ুমদ হনগ্রগ রাধারানী বিগ্রহ অনিথক নিরূপণ তৌবগ বৃন্দাবনদ থারকখি। মূর্ত্তি অনিচু অমন থর নেমই অমন থব নিম্লি। মূর্ত্তি অনি অসুবু করম্বন শ্রীমদনমোহনগী করম্বন শ্রীগোবিন্দ রাধেশ্বরী ওদপদগে হায়না থমহুন লৈরিঙৈদ শ্রীমদনমোহনজীন পুজারীগী মমংদ তাক-পিখি, থরনেম অসিন ঐগী ওয়দ রাধেশ্বরী ওয়না থম্মো। অহুগ থর নিলব অসিন ঐগী য়েংতা ললিতা ওয়না থম্মো। ইবুংঙোগী য়াথং মতুংইন্না বিগ্রহ অনিমক ইবুংঙোগী নাক য়েং, ওয় অনিমক থমখি।

পুরুষোত্তমগী মমতদ নখোয়না চক্রবেড়দ লক্ষ্মীদেবী সেবা তৌরিবদো লক্ষ্মী নত্তে রাধারানীনি, মদু য়াম্না থুনা পুবক্লগ শ্রীগোবিন্দগী থোংগল তৌহল্লো হায়না তাকপিখি। নোংঙাল্লগ পুরুষোত্তমনা গদাধরগী শিষ্য অনি নেল্লগ ইবেন্দ্ৰু বৃন্দাবনদ পুস্লগ শ্রীগোবিন্দগী ওইরংবদ রাধারানী ওয়না থোংগল তৌহনখি। মতৌ অসুম্না প্রতিষ্ঠা তৌখ্রগ মাগী সেবক কৃষ্ণদাসকী মফমদ সেবাগী ভার অপুম্বা শিন্নরম্লগ ভক্তিগ্রন্থ ইবা হৌখি।

শ্রীসনাতন গোস্বামীন ইরম্ব ভক্তি গ্রন্থশিং:—হরিভক্তিবিলাস অমসুং দিগদর্শনী টিকা, বৃহদভাগবতামৃত, অমসুং টিকা লীলাস্তব অমসুং দশমচরিত, দশম টিপ্পনী অমসুং তোষনী, লঘুহরিনামামৃত ব্যাকরণ ভক্তিগ্রন্থ মরাম অসি ইবিরম্লগ সেবক শ্রীজীবগী মফমদ প্রচারগী ভার অপুম্বা শিন্নরম্লগ শকাব্দ ১৪৮০ আষাঢ়ী পূর্ণিমা নুমিত্ত বৃন্দাবনগী নম্বুংদ তিরোধান ওইবিখি।

## শ্রীরাধারমন মন্দির

শ্রীরাধারমন বিগ্রহ অসি শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামীন গণ্ডকী ভুরেলদগী পুরকপা শালগ্রাম তরাণিথোই অতুগী মনুংদগী শাল-গ্রাম অমনা শ্রীরাধারমন মূর্ত্তি প্রকাশ তৌবিহুন বৈশাখী পূর্ণিমা নুমিত্ত অভিষেক তৌরগ সেবা চংখিব বিগ্রহনি। মসি খৃষ্টাব্দ ১৬৭০ গী আওরঙ্গজেবকী অত্যাচারদ খর থৈদোক থৈজিন তৌদুনা হৌজিক বৃন্দাবনদ অমুম লৈরি।

শ্রীগোপাল ভট্ট.গোস্বামী :— শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামী তাঞ্জোর জিলাগী শ্রীরঙ্গম সহরদ বেঙ্কটভট্টগী ওয়মতগী শকাব্দ ১৪২২ দ পোকখি। মহাক্ত অমাং ওইরিবদগী হৌন শ্রীকৃষ্ণদ ভক্তি য়াম লৈরম্মী, বেঙ্কটকী মনাও অনি লৈরম্মী ত্রিমল্ল অমসুং প্রবোধানন্দ, প্রবোধানন্দ অসি পণ্ডিত অমনি মাগী উপাধি সরস্বতী ওইরম্মী। গোপালন প্রবোধানন্দগী মফমদ দীক্ষা তৌখি অমসুং শাস্ত্র পুম্নমক্কু নিঙথিন তমখি, মতম খরমং তম্লদ গোপালন শাস্ত্র পুম নিংথিন হৈখি।

শ্রীচৈতন্য প্রভুন দক্ষিণ লেংবা মতমদ চতুর্ম্মাসব্রত তৌখি। মতম অদুদ বেঙ্কটকী ময়ুমদ লেংদন লৈরম্মী, মতম অদুদ মখোয় পুম্নমক্ক ইবুঙোগী পাদদোক ফংজরম্মী। চহি তরাত ওয়রিব গোপালন ইবুঙোগী সেবা তৌদুন লৈরম্মী। ইবুঙোন শ্রীরঙ্গম থাদোকপা মতমদ বেঙ্কটকি মফমদ হায়রম্মী নঙন গোপালদু লাইমিক

ভগ্নীহুন পণ্ডিত ওইহল্লু, কদোইঙেদসু মুপী থিবীগনু ইবুঙোন প্রবোধানন্দগী মফমদ হায়রম্মই, নঙ্‌ন গোপালবু মতম চানা বৃন্দাবনদ থারক্কদবনি হায়রম্মগ লেঃক্রে।

গোপালন ইবুঙোগী ভুং ইন্দুন চৎপ হৌরকখি, প্রভুন গোপালবু নিঙথিন অলিঙ্গন তৌবিরগ তাকপিখি, গোপাল নয়ুমদ হল্লগ শাস্ত্র পুম্ব নিংথিন ভম্মুখো অহুগ নমা নপাগী সেবা তৌহুন লৈগ-গদবনি, হয়েং মখোয়ন লোকান্তর ওইগ্রব মতুংদ ঐন নহবু বৃন্দাবনদ পুবিগনি হায়ন থেমহুন থম্বিরম্মী। ইবুঙোগী মাথং মতুং ইন্ন গোপালন ময়ুমদ হল্লগ শাস্ত্র অপূম্ব নিঙথিন তমলে, অহুগ মমা অমম্বুং মপাগী সেবা নিঙথিন তৌহুন লৈখি। মতম হন্ন লৈরগ মমা মপা অনিমক লোকান্তর ওইখিরম্মী।

গোপালন বৃন্দাবন পাংলক্লে অহানবদ গঙ্গাস্নানগীদমক হরিদ্বার লোমদ লাকখি, হরিদ্বারগী মনাক্ত লৈব দেববন্দ্য কৌব থুলদ থুংবমক্তদ নোং মুংশিং য়াম্ন কন্ন তৌরম্মী, মতম অহুদ দে-বন্দ্যদা লৈব ব্রাহ্মণ অহুন গোপালগী ভক্তি, প্রেম, আচরণ অহু উবদ গোপালবু মাগী ময়ুমদ অতিথ্য ওয়ন সেবা তৌরম্মী।

ব্রাহ্মণ অহুন পেল্লহুন গোপালগী মফমদ হায়খি, ঐন নঙোন্দ করি পীরগ পেনগনি; ঐগী তাবিপুত্র অসি নঙোন্দ পীরগে হায়খি মহুদ গোপালন করিগুম্ব রাখল অমত তৌদন ভুমিন্ন লৈখি। অহুদগী গোপালন গণ্ডকি ভুরেল পাংলক্লে, গণ্ডকি ভুরেলগী গোপালন শালগ্রাম তন্নানিথোইথক ফংলকখি। গোপালন শালগ্রাম

তরানিথোই অহূ পুরগ বৃন্দাবন লোমদ পাংলক্লে, বৃন্দাবন য়ৌবগ শ্রীরূপ সনাতনগী মফমদ আশ্রয় লৌজখি। শ্রীরূপ সনাতননা গোপাল বৃন্দাবনদ থুংলরে হায়না ইবুঙোগী মফমদ নীলাচলদ চিঠি অম থারকখি। চিঠি হেক ফংবগ ইবুঙোন হরাওবন গোপালগীদমক ডোর, কৌপীন, বহির্ব্বাস কয়ুম কাল অমগ চিঠি অমগ লোয়নন থারকখি। নখোয়ন গোপালবু নচিন ননাওগুম য়াম্ন চান্ন ভৌবিপদবনি, মরক মরক্ত নখোয়গী পাওপূম্ব ঐহোন্দ থারকদবনি হায়না খঙহল্লকখি। পোং থুংলব মুম্মিত্ত মাম্ল চাওন উৎসব অম তৌরগ গোপালবু ডোর, কৌপীন, বহির্ব্বাস শেংপিরগ সন্ন্যাস মন্ত্র পীবিখি। অহুম ইবুঙোন পীরকপ ফাল অহুগ গোপালগী মফমদ পীবিখি, গোপালন ঐন কাল অসি কম্বগী ইতিক লৈতে হায়না হায়জখি, মহূদ শ্রীরূপ সনাতননা নঙন প্রভুগী য়াথংবু অমাঙ্গ তৌরগেম্বা? বাহু ভাবদ গোপাল কাল অহুম কনজরে। শ্রীরূপ সনাতননা শালগ্রামগী সেবা নিঙথিন তাকপিহুন ভজন কুটী অমদ শালগ্রাম সেবা তৌহুন লৈখি। নোংম গোপালন যমুনা স্নান তৌরগ ভজন কুটীমদ হল্লকপ মতমদ ভজন কুটীমগী থোঙদ অঙাং অম কমহুন লৈরম্ব থেংনখি, গোপালন হংখি নঙ কনানো? কনাগী মচানো? নমিং করি কৌই? কদাইদ লৈ? অঙাং অহুন খুমখি, ঐখি দেববন্দ্যাদ লৈব ব্রাহ্মণ অহুগী মচানি, ইমিংন রাধারমন কৌই, ঐগী ইপান ঐগী ভাবিপুত্র অসি নঙোন্দ পীমগে হায়খিবদো নঙ নিঙশিত্রব্রা? ঐগী ইপান

ঐবু নঙগী মনাক্ত থিনবিরক্লে। মাতু তাবদ গোপাল পুম্নমক ঙকখি অমত্তং প্রেমন ঙাংজ্জন নৈবাক্ত চুখি, জ্ঞান তারক্লব মতমদ অঙাং অহুমু উব ফংখিদ্রে।

মঃ পূম্নমক অসি গোপালন শ্রীরূপ সনাতন ভক্ত, মহাক্কী মফমদ শন্দোকখি, মাতু তাবদ ময়াম্ন ইবুঙোগী থোন্নব ফমব ফাওবা সনাগী অলঙ্কার ময়াম পুরক্তুন কৎলকে। গোপালন অশুংগা ময়াম অতু উবগ হায়ক্লখি, নুং মচা অসিদ অদুক মমল য়ামখ্রব পোৎশিং অসিন করি কায়রগনি? করিগুম্ব থোংখুৎ পাক্লম্নবদি অশুরংশিং অসি নিঙথিন থোল্লবদি কয়া ফজগনা? অসি থক্লহন মমিৎক মপি চহুম চহুম তাহন আশুংগা ময়াম অতুবু য়েংলগ কপ্পুন নৈথি।

অহিং অহদ গোপালগী মমঙদ হায়খি, নঙন ঐবু নুং মচানি করি কাম্নগদগে হায়ব অদো ঐদি নুং নত্তে শ্রীরাধারমন হায়ব মূর্তি অদুনি ঐগী রূপ অসি য়েংজরো হায়না মমঙদ ইবুঙো থাডৈশেংন প্রকাশ তৌবিখি। নোংঙাল্লগ গোপালন যমুনা স্নান তৌজরগ থোড হাংদোক্তুন য়েংলুবদ শালগ্রাম তরানিথোই অতুগী মথুংদগী শালগ্রাম অমদি শ্রীরাধারমন ত্রিভঙ্গ ভঙ্গিদ মুরলী পায়রগ শালগ্রাম মনমগন্দ পোরগ প্রকাশ তৌবিরম্লে। গোপালন য়াম্ন হরাওন শ্রীরূপ সনাতন ভক্ত পূম্নমকপু কৌরগ ময়াম তিন্নহন বৈশাখী পূর্ণিমা নুমিৎত শ্রীরাধারমন হায়না মিং থোল্লগ অভি-ষেক নিঙথিন তৌহন সেবা চৎপ হৌখি। মতো অসুম গোপাল ভট্ট

গোস্বামীন শ্রীরাধারমন মূর্ত্তি প্রতিষ্ঠা তৌখি। পাও অসি শ্রীরূপ সনাতননা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মফমদ নীলাচলদ চিঠি অম থাজখি, ইবুঙোন ময়াম্বু আশির্ব্বাদ পীবিরকখি। শ্রীরাধারমনগী রাশেশ্বরী য়াংদে ইবুঙোগী ওয়থংবদ লুপাগী মুকুট অম রাধারানীগী মছন্ত থমই।

গোপাল ভট্ট বসি আছয়ে নির্জ্জনে,
সমর্পিয়া নেত্রমন, শ্রীরাধারমণে।

মতৌ অসুমন শ্রীগোপালভট্টনা রাধারমনগী সেবাদ প্রাণ, মন, আত্মা, মিং অমত ওইন বিপ্রলম্ভগী ভাবত শুমহত্তুনা রাধারমনগী বিগ্রহবু মুন্ন দর্শন তৌজরগ মহাক্কু শেমজব পদাবলী শ্লোক অসি থীর থীরহুন মতম লেনখি।

পদাবলী :—

হেঃ ভাণ্ডিরবনাধিপতি, শিখিপুচ্ছভুষণ, চন্দন চর্চ্চিতাঙ্গ, বৃন্দাবনেন্দ্র, হেঃ বরনীয়ত্তম, বিকশিত নীলপদ্মম শ্যামল, কালিন্দী বান্ধব, নন্দনন্দন পরানন্দ, কমলেক্ষণ, হেঃ গোবিন্দ কমনীয়দেহ মুকুন্দ, মাং দীন মানন্দয়।

মাহাক্কী মতৌ অসি উরগ সনাতন গোস্বামীন হায়রকই গোপাল! নঙগী পণ্ডিতা অহু, বৈষ্ণব আচার, ক্রিয়া, মুদ্রানিয়ম, বৈষ্ণব নিতি সদাচারনচিংব ইবদ শিজিন্নৌ অরেমদ মাঙহনগনু।

সনাতনগী উপদেশ মতুংইন গোপালন হরিভক্তিবিলাস ইখি, মতুদ পূরাণগী বা পূমনমক অমত্ত চিথত্রে। মতুংদ কৃষ্ণবল্লভাটীকা, অনুরাগাবলী, পদকল্পতরু নচিংব ভক্তি গ্রন্থ কয়ামুক ইবগ সেবক শ্রীনিবাসকী মফমদ প্রচারগী ভার পূমনমক পীবিখি। শ্রীরাধা-রমনগী সেবনা গোপীনাথ পূজারীগী মফমদ শিন্নরগা মহাক্ন শেমজব পদাবলি শ্লোক অতু থীর থীরহুন মপূন্থি লেঞ্জখি। শকাব্দ ১৫০৭ কী শ্রাবনী শুক্লা পঞ্চমী নুমিত্ত শ্রীবৃন্দাবনগী মনুংদ তিরোধান ওইবিখি।



## শ্রীরাধাদামোদর মন্দির

শ্রীরাধাদামোদর বিগ্রহ অসি শ্রীরূপ গোস্বামীন মখুৎন নিরূপণ তৌরগ মাগী সেবক শ্রীজীব গোস্বামীবু সেবা চৎহনখিবনি। মন্দির অসিদ বিগ্রহ অ'সনে শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র কৌব বিগ্রহনে অহুগ শ্রীকৃষ্ণগী চরণ চিহ্ন য়াওব গোবর্দ্ধন শিলা মতুম অমগ পুন্ন বিগ্রহ অছম সেবা চৎলি। শ্রীরাধাদামোদর বিগ্রহসিদ খৃষ্টাব্দ ১৬৭০গী আওরঙজেবকী অত্যাচারদগী কননবগীদমক জয়পুর তান্ন স্থানান্তর তৌগে। অনৌব বিগ্রহ অম প্রতিষ্ঠা তৌরগ মন্দিরদ লৈরি।

**শ্রীজীব গোস্বামীঃ**—শ্রীজীব গোস্বামী সনাতন গোস্বামীগী মনাও অচোনব অনুপম ( বল্লভ ) না পোকপনি? শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুন রামকেলীদ লাকুন শ্রীরূপ, সনাতন, বল্লভ মচিন মনাওবু কৃপা পীবিবব মতমদ মহাক চহি মঙাত মঙাইরি, মহাক্ন মপা অমসুং মপনগ লোয়নন ইবুঙোবু দর্শন তৌব লাক্লম্মী। মহাক্ন ইবুঙোগী চরণদ ভক্তি কংচব মতমদ ইবুঙোগী শ্রীহস্তন মাহাকপু নানবিবগ তাকপিখি হেং জীব। নহাক শাস্ত্রপুম্ব নিঙখিন তম্মু, তন্ন লোয়রগ নবদ্বীপ্ত চত্তুন শ্রীনিত্যা নন্দগী চরণ চঙজো মাহাক্না নাহাক্কী তৌগদব পম্ব তাকপীগনি হায়ন আশির্ব্বাদ পীবিরম্লগ পুরী লোমদ লেঙখিরম্মী। শ্রীগৌরাঙ্গগী কৃপা বানি পুহন মমুমদ হল্লগ মক্তিক চাব বিদ্যা তমজবে।

শ্রীজীবগী বিদ্যাশক্তিদি অঙকপনি, মতম খরদং তম্বদ বিদ্যাপুম্ব হৈখি, মতম অহুদ শ্রীজীবগুম্ব পণ্ডিত অমত ভারতবর্ষগী মমুংদ

লৈরমদে, অদুগী মথক্তু অঙাং ওয়্যা.ৰৈদগা সরস্বতী দেবীগী কৃপা ফংখিব শ্রীগৌরনিত্যাইগী কৃপা পাত্রনি। মহাক্তু মতম পুম্বদ হাঃ গৌৰ, হা নিত্যাই হাযন ওনথোইন কপ্পুনত লৈখি, মরমদি নোংম নাগী মমঙদ শ্রীকৃষ্ণ, বলদেব অনিন মকোক্ত চরম থদ্বিরগ শ্রীকৃষ্ণন গৌরাঙ্গদা বলদেবনা নিত্যাইনন্দগী দেহদ চঙখি, অদুদগী হৌন হ'ঃ গৌৰ, হা নিত্যাই হাযন বিলাপ তৌহনত লেনখি।

শ্রীজীব নাহা ওয়েন মপা কাযনখি, ইনাক থুনব মচা ওইবন মাগী শাগৈ নাতৈশিংনা য়ায় চাম যোকখি, অদুগী মথক্ত মাগী শাগৈদ মথন্ত ভাম্ববনিন য়ায় কেথোক মৌথোক্ত য়োগথি অদুমদি ওইরবদ মহাক্ত পূম্মক অদু কৱিমত পামলমদে, বৈরাগ্য ভাবন্ত অদুম লুপ্পুন লৈখি। শ্রীরূপ, সনাতননা সর্ব্বত্যাগি ওয়েন বৃন্দাবনদ চংখিবদগী মহাক্কী বিকাম নেংম নোংমগী হেনগৎলকাখ মহাক্না বিঙ্গা তম লোয়রদুন মাগী ইমুং মনুংদ এহাক নবদ্বীপ্ত চংলগ গঙ্গাস্নান অমুক্ত তৌরুগে অদুগ বিদ্যাস্ত খম্ব তম্মুখিগে হায়ন হায়শিনদুন নবদ্বীপ্ত চংখি। নবদ্বীপ য়োরগ নবদ্বাপ বাসী বৈষ্ণবশিংদ হংজ্ঝখি, শ্রীনিত্যানন্দবু মফম কদায়দ উন্নব ঙম্মনি অমুক্ত তাকপিম্ম হায়জখি। মমাম্ম শ্রীবাস অঙ্গনদ পুবিরকখি, মফম অদুদ শ্রীনিত্যায়নন্দন ভক্তশিংগ লোয়নন নাম কীর্ত্তন তৌদুন লৈরম্ব থেংনখি, শ্রীজীবন নিত্যানন্দ প্রভুগী চরন্দ ভক্তি কৎচখি অমমুং চরণ অনিবু কোল্লগ কপ্পুন লৈখি।

শ্রীনিত্যানন্দন শ্রীজীবগী ভক্তি অদু উবগ চরণ অনিমক্ত মকোক্ত হাপ্পিরগ শ্রীহস্ত অনিন চেংন কোনথিদুন হায়রকই,

হেঃ জীব। নহাক লাক্নি হায়বগীদমক ঐহাক শত্রুদগী নবদ্বীপ্ত লাক্নগা নঙত্তবু হাইহ্না লৈখিবনি নাহাকন নবদ্বীপ্ত মতম খুর লৈরগ পরিক্রমা নচিংব তোরব মতুংদ শ্রীবৃন্দাবনদ য়াম্ন থুন চংকদবনি।

শ্রীনিত্যানন্দগী রা তাবগ শ্রীজীবন হায়ঙ্গখি, চানবিক্তন নমাইবু অহানবদ নবদ্বীপ মহাত্ম্য পূর্ন্ন অমুকত তাকপিখো। শ্রীজীবগী রা তারগ নিত্যানন্দ প্রভুন হায়বকই, নবদ্বীপ হায়ব মফম অসিদি গুপ্ত বৃন্দাবননি মসিগী মহাত্ম্যদি য়াম্ন অরোনবনি। শ্রীবৃন্দাবনগী চৌরাষি ক্রোশন কোযশিন্দুন লৈবগুম মফম অসিসু ষোল ক্রোশন কোয়শিন্দুন ভক্তি মাপননা পূর্ন্ন লৈবব মফমনি। মখোয়দগী হৌন দ্বীপ মাপল অহুগী অকুপ্প মবোগ পরিক্রমা-নচিংব ঐহাক্ক নঙবু চিংত্তুন চংকনি হায়ন তাকপিখি। নোংড়াল্লগ লক্সারান নিংথিন তোবগ নিত্যানন্দ প্রভুনা শ্রীজীববু পূর্ন নবদ্বীপ পরিক্রমা তোবা হৌখি। অহানব ভুমিত্ত অন্তর্দ্বীপ মসি মায়াপুর কৌই: মফম অসিদ গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী জন্মস্থাননি, মসি আত্মনিবেদন হায়ব ভক্তি অত্বগী মফমনি; মথংদ সীমান্তদ্বীপ শ্রবণা ভক্তিগী মফম মথংদ গোদ্রুমদ্বীপ কীর্ত্তনা ভক্তি মথংদ মধ্যদ্বীপ স্মরণা ভক্তি, অহুগী মথংদ কোলদ্বীপ সেবনা ভক্তি, অহুদগী ঋতুদ্বীপ অর্চনা ভক্তি, মথংদ জহ্নুদ্বীপ বন্দনা ভক্তি মথংদ মোদদ্রুম দ্বীপ দাস্য ভক্তি অহুদগী রুদ্রদ্বীপ অসি সাখ্য ভক্তিগী মফমনি অহুগী মতুং অরোইবদ অন্তর্দ্বীপ্ত হল্লিগ্লগ দ্বীপ মাপলগী

পরিক্রমা লোইরবনি। মতৌ অদুম্ন ভক্তি মাপন্ন পূর্ন লৈবা মফমবু নবদ্বীপ গুপ্ত বৃন্দাবন হায়রিব অদুনি, মসিবু একান্তিক ভক্তিনা নিঙথিজন পারিক্রমা তৌজরবদি শ্রীবৃন্দাবন পরিক্রমাগ ফল চপমান্নে, মতৌ অদুম্ন নিত্যানন্দ প্রভুন শ্রীজীববু নবদ্বীপ পবিক্রমা তৌহন্নগ নবদ্বীপকী অকুপ্প মরোল পুম্ব তাকপিখি।

শ্রীজীবন নিত্যানন্দ প্রভুগী মফমদ হংজখি, ইথুভোন চানবিহুন ননাইগী চিংনব অসিতদি কোকহনবিয়। নবদ্বীপক বৃন্দাবনগ অমতনি কহি অমত্ত থেমদে তাকপিরগ করিগীদমক ননাইবু অমুক হন্ন বৃন্দাবনদ চংলু হায়ন তাকপিবিব? শ্রীজীবগী বাহং তারগ নিত্যানন্দ প্রভুন খুমখি, তাও হে জীব! ভক্তিরস পূর্ন-মকতগী অথোইব বসদি শ্রীরাধাকৃষ্ণ লীলাগী রসনি, রস অদুবু ফংন্রবদি চৌগশিংন শ্রীচরণ ফংব ঙমদে, অদুগুম্ব রাধাকৃষ্ণ লীলাগী মধুর প্রেমরস অদুদি শ্রীবৃন্দাবন নত্তনা চফম অতৈগী ফংব ঙমদে, অদুগুম্ব রস অদু ফংনবগীদমক শ্রীবৃন্দাবন চংলু হায়রিবনি, অদুগী মথক্ত ভক্তি গ্রন্থ ময়াম পুথোক্লুন জীবশিংদ ভক্তি তম্বি-নবগী অধিকার অপূর্ব শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুন নংভোন্দ পীরম্নে। নত্তন বৃন্দাবন চংলগ শ্রীরূপ, সনাতনগী মফমদগী সাধ্য সাধন ভক্তি নিঙ-থিন তম্নগ ভক্তিগ্রন্থ ময়াম পুথোক্লদবনি মরম অদুদগী শ্রীবৃন্দাবন চংলু হায়রিবনি। অহানবদ কাশীদ চত্নগ মধুসূদন বাচস্পতিগী মফমদগী মতম থক বেদান্ত তম্না শ্রীরূপ, সনাতনগী মফমদ আশ্রয় তোগদবনি। পাওথুম অদু তারগ শ্রীজীব নিত্যানন্দগী চরণ কোল্লগ

সাত্বিক বিকারদ কপ্পুনা লৈখি, বাহ্যজ্ঞান লাক্রব মতুংদ হাঃ গৌর হাঃ নিত্যাই হায়না লোল্লম-লোল্লম্না শ্রীবৃন্দাবন যাত্রা তৌখ্রে।

অহানবদ কাশীদ চঙ্লুনা মধুসূদন বাচস্পতিগী মফমদগী মতম থরু বেদান্ত তম্লগ বৃন্দাবনদ চত্তুনা শ্রীরূপ গোস্বামীগী মনাক্ত সেবা তৌরুনা লৈখি। নোংমা লুমিত্ত শ্রীরূপ গোস্বামী যমুনা মপান্দ উথোং অমদ ফমহুনা লাইরক ইহুনা লৈরম্মী। য়াম্না শাবগীদমক শ্রীজীবনা হুমাই লৌগল তৌদুনা লৈবদী মতম অত্তুমক্তদ কাশীগী অকাগুব বল্লভ ভট্ট কৌব পণ্ডিত অমা লাক্লুনা করি লাইরিক ইবি হায়না হংলকখি? শ্রীরূপনা থুমখি ভক্তিরসামৃতসিন্ধু ইরবি, বল্লভনা হায়রকই, ফরেদা— লাইরিক অসু ঐনা সংশোধন তৌবগনি; অহানবদ মঙ্গলাচরণ অসু অমুক্ত পাথোকউ ঐ হাগে! শ্রীরূপ মঙ্গলাচরণ অসু নিঙথিনা পারে; করে! মসিদ সংশোধন তৌগদবা থব লেবে, অদুনা ঐ স্নান তৌরক্খিগে অদুগ সংশোধন তৌবিয়গে হায়রম্লগ যমুনা স্নান চংখ্রে। রা অসু তাবদ শ্রীজীবনা শাস্ত্রনা থাবগুম্না নুংঙাইথিদে অদুবু মাগী গুরুদেবগী মমাংদদি কৌমত থুম্নদনা ভট্টনা স্নান তৌরবা মফম অদুদ চত্তুনা হায়ঙথি, অপায় পণ্ডিতনা সংশোধন তৌবগে হায়রবসু অমুক্ত তাকপিয়ু হায়না মঙ্গলাচরণ অসু অমত চিথদনা ভট্টগী মফমদা নিঙথিজনা থীথি মফম অদুদ মথোয় অনিগী তর্কযুদ্ধ করম তৌনখি, শ্রীজীবগী বিদ্যাশক্তিদ ভট্ট করিমতা থুস্ব ঙমদ্রবদুনা মমায় মকশিম স্নান লোইরগ কাখ্রে।

শ্রীরূপকী মফমদ হংজখি, অসাই অসিদ লৈরম্ব নিপামচা অদুবু কনানো? মসিং করি কৌই, মাত্র তাবদ, শ্রীরূপনা ঐগী সেবকনি,

ঐগী হৈনাও অতোনবন্না পোকংনি মখিংন শ্রীজীব কৌই, দেশতগী লাকপ কুইদ্রি। মাহাক তারগ পণ্ডিত, এস্থোকপনি অর্থাৎ অতুগী বিদ্যা, অচিন্ত্য শক্তি, ভারতবর্ষ তসিগী মমুংদ শাস্ত্রগী পণ্ডিত অমত য়াওবোই হৌরকপগ পণ্ডিত, মমুমলোমদা হনখি। শ্রীজীব স্নান তৌরক শান ঈশিং খর পুরগ শ্রীরূপকী মনাক্তা লাকখি; শ্রীজীববু উমক্তে শ্রীরূপ শাওবন ভগবানন কৃপা তৌখিত্তন ঐগী লাইরিক অসিবু সংশোধন তৌবিনবা পণ্ডিত অম লাক্লগ নগুন করিগীদমক মাবু তাস্থোকখ্রিবা? নঙগী বিদ্যাগী অহঙ্কার অঙকপনি ঙসিদগী হৌন নঙ বৃন্দাবনদ লৈব য়াদ্রে, য়াম্না থুনা নোংপোক-লোমদ চংখ্রো, হয়েং নঙগী অহঙ্কার অতুন হন্থরগ লাকপ য়াগনি হায়না তাকপিখি। মাহাক তাবদ শ্রীজীবন বপ্লহুন গুরুগী চরণবু থুকময়রগ নোংপোক ওন্না চংখ্রে। গোকুলদ নন্দঘাটকী মনাক্তা উখোং অমদ ভুবগ করিমত্ত চাদন এন্দুনা লৈখি। ব্রজ-বাসীশিংন উনাগী থাংপোক অম থনবিত্তুন মুংশাগী মৈশাদগী কনবিখি; উহ, শঙ্গোম খর খব পুরক্লুন পীবিরৈ নহা অতুগী মতৌত্র য়েংব ওমস্রহুন ব্রজবাসীশিংন শ্রীসনাতন গোস্বামীগী মকমদ হায়জখি, য়াম্না নহা ওইরিব তপস্বী অম ঐখোয়গী থুলগী মনাক্তা চাদ থক্তন এনথোইন লৈরিবসি য়াম্না কুইবে, বড়গোস্বামীন চান-বিহুন অংগা, অসিগী মথাইতদি অমুক্ত কনবিয়ু।

ময়ামগী মা ভারগ সনাতন গোস্বামী য়াম্না চিংনন বন য়েংব ওয়না চংদুনা য়েংবিরুই, এস্থোকপনি, নোরব মচাগী অবস্থা অহু

উকরগ থম্নোইদ্রা অরাব পোকখি। য়াম্না থুন শ্রীরূপকী মনাক্ত চৎতুন হৎবিখি, রূপ গুরুগী লেৎলকপ উবদা থুবমজদগ লেপ্তবিরকপ মরোল হৎজখি। সনাতননা হায়খি নঙগী ভক্তিরসামৃতসিন্ধু লোইরব নত্ৰা? কনানা মত সংশোধন তৌবিগনি? শ্রীজীবন কদাইদা চৎব্রে? অদুগ ইয়াম্নদি অহল-ওইরকপ অসিদ খুদ্ধি লোপ ওয়্যশিল্লক্লে, ত্যাগি সন্যাসিশিং অসিন জীব হিংসা তৌবসিবু য়াবরা? ময়াম্নগী বা তারগ রূপ থীন্দন মহাম্নগী চবন্দ ভক্তি কৎচরগ ননাই ঐহাক লাপ্লে অমুক্ত চাকপিয়ু হায়ন খুকমজখ। সনাতনন হায়রকই য়াম্না থুন চৎলগ খিতুন পুরকউ। শ্রীরূপ থিলন শ্রীজীববু পুরক্লগ নিঙথন পাঙ-পাৎক তৌহন মশা ফহল্লে, অদুগ ভক্তিরসামৃতসিন্ধু সংশোধন তৌহল্লে। শ্রীরূপ সনাতনন ইব ভক্ত গ্রন্থ অপুম্নগী সংশোধন তৌনবগী ভার অপুম্ন শ্রীজীবগী মফমদ শিন্নখি।

শ্রীজীবন ইরম্ব ভক্তি গ্রন্থশিং:—ষট সন্দর্ভ, সর্ব্বসম্বাদিনী, হরিনামামৃত ব্যাকরণ, সুত্র মালিকা, ধাতুসংগ্রহ, ভক্তিরসামৃত-সিন্ধু শেষ, মাধব মহোৎসব, শ্রীগোপালচম্পূ (উত্তর, পুর্ব্ব বিভাগ) সংকল্প কল্পবৃক্ষ গোপাল বিরুধাবলী, গোপাল তাপনী টিকা, ব্রহ্ম সংহিত টিকা গায়ত্রী ভাষ্য, ক্রম সন্দর্ভ শ্রীরাধাকৃষ্ণার্চ্চন দীপিকা, শ্রীরাধাকৃষ্ণ কব পদচিহ্ন সমাহৃতি অসিনচিংব ভক্তিগ্রন্থ কয়ামুক ইরিখি। অদুগী মতুংদ শ্রীরূপ গোস্বামীন মথুংন নিরূপণ তৌরগ শ্রীরাধাদামোদর যুগলমূর্ত্তি সেবা চৎহনখি। মতৌ অসুম্ন শ্রীজীব

গোস্বামীন শ্রীরাধাদামোদর মূর্ত্তি পুথোকখি। মতম শাংনা সেবা তৌরবা মতুংদা মাগী শিষ্য কৃষ্ণদাসকী মফমদা সেবাগী ভার অপূর্ব শিল্পরগ ভজন তৌহন লেনখি।

শ্রীজীবগী সেবক শ্রীনরোত্তম, শ্রীনিবাস, শ্রীশ্যামানন্দ মখোয় অহুম অসি গঙ্গা, যমুনা, সরস্বতী তীর্থ অহুমগুম্বনি। মীন াতনৈ শ্রীনরোত্তমনা শ্রীনিত্যানন্দগী স্বরূপ, শ্রীনিবাসনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী স্বরূপ, শ্রীশ্যামানন্দনা শ্রীঅদ্বৈতগী স্বরূপ; অহুম অহুন অপ্রকট ওয়রুবা মতুংদা মখোয় অহুমা অসিনা ভক্তি গ্রন্থ পুথোকদুনা জীবশিংগী মফমদা ভক্তি তন্থীখি।

**মহাজনী পদাবলী :—**

নিত্যানন্দ ছিল যেই নরোত্তম হৈলা সেই,
চৈতন্য হইলা শ্রীনিবাস,
অদ্বৈত যারে কয়, শ্যামানন্দ তেঁহো হয়।
সেই তিনের অপ্রকটে, এ তিনের আবির্ভাব, সর্ব্বদেশে কৈলা
ধন্য দিয়া ভক্তি ভাব॥

মতৌ অসুম শ্রীজীবনা ভক্তিগ্রন্থ ময়াম্বু মাগী সেবকশিংগী মফমদা প্রচার তৌনবগী ভার মপূর্ণ শিন্নবিবম্লগ শকাব্দ ১৫৪০ পৌষ শুক্লা তৃতীয়া নুমিত্ত বৃন্দাবনগী মফমদা তিরোধান ওইবিখি।

———

## শ্রীশ্যামসুন্দর মন্দির

শ্রীশ্যামসুন্দর বিগ্রহ অসি শ্রীশ্যামানন্দ প্রভুন প্রতিষ্ঠা তৌরগ সেবা চংদনবা বিগ্রহনি। মসি শ্যামানন্দন ইবেম্মগী কৃপা ফংলব মতুংদ প্রতিষ্ঠা তৌখিবনি। বিগ্রহ অসি হৌজিক জয়পুরদ লৈপ্রে। অনৌব বিগ্রহ অম প্রতিষ্ঠা তৌরগ মন্দিরদ লৈরি।

শ্রীশ্যামানন্দ প্রভুঃ— শ্রীশ্যামানন্দগী মমিং অহানবদ দুঃখী নত্রগ দুঃখীয়া কৌবম্মী। মেদিনীপুর ধারেণ্ড বাহাদুরপুরগী গোয়ালা বংশদ শকাব্দ ১৪৫৬ চৈত্র পূর্ণিমা নুমিত্ত পোকই। মপান কৃষ্ণমণ্ডল মমান দুরিকাদাসী কৌই। মপামপান য়ামা বাবিদৈ মতমদা পোকই হায়দুন দুঃখী, কনাগুমন দুখীয়া হায়ন কৌই। মমা নৌন কায়নবদগী মপান মাবু উরিষ্যাগী দণ্ডেশ্বর গ্রামদ পুরগ য়োকখি। অহাং ওইরিবৈদগী হৌন কৃষ্ণদ ভক্তি য়াম্না লৈবন্দী অমসুং ত্যাগী সন্যাসিগী মওংদা লৈরম্মী। মপান মাবু শাস্ত্র থব, ব্যাকরণ নিঙথিন তমহনখি। ব্যাকরণ তম্ব লোয়রদুন চহি কুনলোম শুরকপ মতমদ লোংম মপাগী মফমদ ঐ গঙ্গা স্নান তৌব অমুক্ত চংচকুগে হায়রমই, মপান হায়খি— কনা কনাগ লোয়নন চংমিন্নগদৌরিব? কাংবু অম অম্বিকা কালনাদ গঙ্গা স্নান চংকদৌরি মখোয়গ লোয়নন চংচকুগে। মপান থনখি, গঙ্গা স্নান লোইরগ ময়ামগ লোয়নন হঙ্গরক্কনি খন্দুন মপান মাবু

থাখি, তৌইগুনদুং দুঃখীয়াদি মযুমদ তমুক হল্লক্লে কাংশাগী ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুন মথুংন প্রতিষ্ঠা। তৌরগ মনাই গৌড়ীদাসকী মকমদ সেবা চৎহনখিব মাগী সেবক হৃদয় চৈতন্যদাসন সেব। তৌরিব গৌরনিত্যাই বিগ্রহ অদুবু উবমক্তদ প্রেমন পত্তাগড়ি ওন্দুনত লৈখি। মাগী প্রেম অদু উবদ হৃদয়ানন্দন মহাকপু কৃষ্ণমন্ত্র দীক্ষা পীবিদুন কৃষ্ণদাস হায়ন বৌথ। কৃষ্ণদাস দুঃখী, দুখীঃকৃষ্ণদাস মতম খর মাগী গুরুগী সেবা তৌবদুগ মাগী গুরুগী মফমদগী বৃন্দাবন চৎনব য়াথং লৌজখি।

হৃদয় চৈতন্যনা হায়খি, নঙ্ন বৃন্দাবন্দ চংলগ শ্রীজীব গোস্বামীগী মফমদগী সাধ্য সাধনভক্তি নিঙথিব তম্মু হায়ন আশির্বাদ পীবিরগা বৃন্দাবন চংনব য়াথং পীবিখি। কৃষ্ণদাস গুরুগী চরণবু খুরুমজরগা বৃন্দাবন পাংন চৎলক্লে; বৃন্দাবন্দ কৃষ্ণদাস কবিরাজ-নাচিংব ময়াম থেংনখি। দুঃখী কৃষ্ণদাস শ্রীজীবগী চরণবু খুরুমজরগা ননাইবু দাস ওইন লৌশিনবিয়ু হায়ন হায়জখি। শ্রীজীবন কৃষ্ণদাসকী ভক্তি আচরণ উবগ তাকপিখি, কৃষ্ণদাস নিতিগী শ্রীগোবিন্দ, শ্রীগোপীনাথ, শ্রীমদনমোহন মন্দির অহুম অসিগী অমুক মুংখিল, নুংদাং মার্জন তৌগদবনি, অমুক স্নান লোইরগ সেবাগী লৈ, তুলসী পত্র হেকপ পূজাগী সামগ্রি অপূন্ন মার্জন তৌগদবনি, অদুগ নংগী মহাপ্রসাদ ফঙ্গনি, অদুদগী উপদেশ তাগদবনি হায়ন য়োংপাক অম, তুকরি অম, ঝাড়ু অমগ কৃষ্ণদাসকী মথুক্ত পীবিরে। কৃষ্ণদাসন নিতিগী থবকশিং অদু কায়দন মপুক্লিং চঙনা তৌজরকখি;

মতম পুম্বদ ইবেম্মগী চরণদু ঙসিদা চেৎন কোঞ্জরগ থবকশিং অদু কায়দন মপুক্কিং চঙ্ঙন কৌজরকখি। মতম শাংন চথরবগী মতুংদ ইবেম্মন কৃপা পীবিগে খল্লদুন নোংম কুঞ্জরাস শামরগ নোং-ঙানগাদোরে হায়ন হাথু হাখু চংপদা ইবেম্মগী ওয়থংব চরণগী নুপুর নাম তাহৌরে, য়ুম য়োরগ চরন্দ নুপুর য়াওরমদব উবদ ললিতাগী মকাদ হায়খি, ইতা ঐগী ওয়ারথংব খোংগী নুপুর নাম তাহৌরে কৃষ্ণদাসন পুন্নরগ মন্দিরগী মাঙ্গোন্দ লৈরে, ইতা অমুক্ত লৌবিরু হায়ন হায়খি।

কৃষ্ণদাসান অমুক্ত কুঞ্জগী অথোংপ যোৎপাক্ক খোত্তোকউবদ নুপুরদ য়োৎপাক্ক খোৎলুরে, মাগী য়োৎপাক সনা ওইরে; মদু উবদ কৃষ্ণদাস পুমঙুক ঙকখি অমত্তুং নুপুর অদু থুঙংলগ মরাইবক্ক কংচরগ মখবাক্ত কোনশিন্দুন থমজখি! তাঙ্গা অতুদ ললিতা লাক্কুন হংলকখি, কৃষ্ণদাস ঙরাং ইবেম্মগী নুপুর নাম তাহৌরে কনিগুম্ব নঙন থেংনববদি ঐহোন্দ থর পীয়ু. ইবেম্মদো য়াম্ম ৱান লৈহৌরে হায়ন কৃষ্ণদাসকী মকমদ হায়খি। রাহৈ অতু তাবগ কৃষ্ণদাসন ঐন নুপুর অম ফংই, নুপুর পীয় হায়রিব নত্তবু কনানো নশক নমিং খঙদন ঐন কবম নহোন্দ নুপুর পীগনি। কৃষ্ণদাসকী বা তাবগ ললিতান হায়রকই, ইবেম্মগী খ্বাইদগী চান্নরবী মতা ললিতা হাযবিদো ঐহাক্কি, ঐহোন্দ নুপুব অদু পীরোবা! ললিতাগী বা তারগ কৃষ্ণদাসন হায়রজে, ললিতে ঐহাক্কু নহোন্দ নুপুর অসি পীবোই, চানবিদুন ইবেম্মবু মকম অসিদ অমুক্ত পূবিররকউ ইবেম্মগী চরন্দ ইথুংন নুপুর অসি অমুক্ত শিজগে।

কৃষ্ণদাসকী মা তাৰগ ললিতান থুন য়াওন চৎখিহ্নন ইবেম্মদ পাও অসি তম্মুরে, থুদক অহুমক্তদ ললিতান ইবেম্মবু পুরগ মফম অহুদ লাক্লে। ইবেম্মবু উজ্বদ কৃষ্ণদাস চম্নদ ভক্তি কৎচরে, ইবেম্মন দিব্য মূর্ত্তি পুথোক্লন মনাই কৃষ্ণদাসপু দর্শন পীবিরে; নূপুর অহু মরাইবক্ত কৎচরগ কৃষ্ণদাসন ইবেম্মগী চরণদা নূপুর অহু শিন্জরে, দণ্ডবৎ তৌন চরণ অনিবু কোঞ্জরগ মবেম্মগী মফমদ প্রেম-ভক্তি কৎচরে। ইবেম্মন তাকপিখি ইতা কৃষ্ণদাসকী মফমদ শিক্ষা মন্ত্র তাকপিরো হায়ন, ইবেম্মগী য়াথংন ললিতান কৃষ্ণদাসকী মফমদ শিক্ষামন্ত্র তাকপিরে. ইবেম্মন তাকপিখি— ঙসিদগী হৌন নঙগী নমিং শ্যামানন্দ থোল্লবনি, মতম অপুন্বদ ঐগী লীলা য়াওহ্নন হিতসধী ওয়রগদবনি,নূপুরন শোকপ মফম অহু নূপুরগী মওং ওইন নূপুর বিন্দু কোক্তন চিহ্ন ওয়ন লৈরসনু। বৈষ্ণবশিংন শিরি নাইন চন্দন থিল্লগ লাইবক্ত বিন্দু নম্ব অহুবু শ্যামানন্দ তিলক বিন্দু হায়ন যগৎন থুঙন-প্রসন্ন হায়ন আশির্ব্বাদ পীবিরম্লগ ইবেম্মু অন্তর্দ্ধান ওয়ক্লে।

কৃষ্ণদাস য়াম্ন থুন ৱারম পূম্নমক অসি জীবগী মফমদ তম-জক্লরে শ্রীজীব নুঙাইবগী ওমথৈ লৈত্রহ্নন শ্যামানন্দবু চেৎন কোনবিরগ হায়খি, নঙদি ইবেম্মগী কৃপা ফংলবনি, অহ্নন ইবুঙো ইবেম্ম অনিগী পেম্নবগীদমক শ্রীশ্যামসুন্দর যুগলমূর্ত্তি নিরূপণ তৌরগ সেবা চৎলো হায়ন তাকপীখি। শ্রীজীবগী মাথং মতুংইম্ন "কৃষ্ণদাস" শ্যামানন্দ, শ্রীশ্যামসুন্দর যুগলমূর্ত্তি নিরূপণ তৌরগ সেবা চৎপা হৌখি। মতম থর

ইমুংগী সেবা শিঙথিন তৌহন লৈখি। মতৌ অদুম্না শ্যামানন্দনা শ্রীশ্যামসুন্দর যুগল মূর্তি পুথোকখি, অহুগী মতুংদ মাগী সেবক-মফমদা সেবা শিন্নরম্লগ গৌড়দেশতা শ্রীনিবাস নরোত্তমগ লোয়ননা ভক্তিগ্রন্থ ময়াম পুথোক্লুনা ভক্তি প্রচার নিঙথিনা তৌহনা পাপী, তাপী, পাষণ্ডী, যবন ময়াম্বু উদ্ধার তৌবিরম্লগ শকাব্দ ১৫৫২ আষাঢ় কৃষ্ণা প্রতিপদ নুমিত্তা নৃসিংহপুর উদ্দণ্ডরায় ভুঁইয়াগী ময়ুমদ তিরোধান ওইরিখি।

বারি অসি শ্রীমৎকৃষ্ণচরনদাসনা ইর শ্যামানন্দ প্রকাশ কৌর লাইরিক্কুগীমি য়াম্না চাওর ভক্তি তত্ত্বনা থল্লব লাইরিক্কি গ্রন্থ বাহুল্য কিজবদগী মরুওইব থবদং পীজরিব অসিনি;

মতা, অসিদ বৃন্দাবনগী সাত দেবালয়গী বিগ্রহশিং নৌন
পুথোকপ কৌর অনিশুব লহরী লোইজরে।



অহনপুব লহবী

# কুণ্ড অনিমক নৌন্ন শেমদোকপগী

# বারি

নীলাচলদ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুন শেষ লীলা এযবিথিব মতুংদ ইবুঙোবু মতম খুদিঙদ ঙাকশেন্দুন লৈরম্ব স্বরূপ দামোদরস্থ ইবুঙোগী ভুং ইনগ্রবববনিন, রঘুনাথদাস ইবুঙো খাইনবগী মৈচাক্ত অহিং অুংথিল প্রলাপ তৌহনত লৈখি। মাগী মতম পুম্নমক্ত লোযনব ওইরম্ব স্বরূপ দামোদরস্থ ইবুংঙোগী ভুং ইনগ্রবনিন লৈকম থঙদ্রগন বৃন্দাবন লোমদ পাংলক্লে।

বৃন্দাবন য়ৌরগ রঘুনাথন থনখি, ঐহাক গিরিরাজ কাথংলগ মথক্তগী চোংথহুন ঐস্থ প্রাণ থাগ্রগে খল্লহন কনা তাক্তন গিরিরাজ তাম্না চংখি। মাগী তৌরিব মতৌ অহু অশিংব রূপ সনাতননা খঙলক্তনা মাবু ফারগ পাংতোক যাম্ন পীহুন শ্রীকুণ্ড মপান্দ ভজন কুটীর অমদ ভজন তৌহুন লৈহনখি। রঘুনাথন খঙখি ইবুঙোগী কৃপাদগী শ্রীকুণ্ড অনিমক দর্শন ফংজরে অহুমদি ওইরবদ শিঙ্গিমনব জল মরাং কায়ন লৈতথসি অদাবগী মশক্তি মরম অহুন মায় থুন কুণ্ড অনিমক পরিস্কার তৌবগে হায়ন খঙখি অহুবু

কদাই শেল যাওদন তৌব য়াব থবক্তি নত্তে, মতৌ কবয় তৌসিগে হায়ন দিবানিশিদ খন্দুনত্ত লৈখি ।

মনাই ভক্তগী মনিঙ থুংহনবিগে খল্লহুন, নোংম ইনাকখুনব ভক্ত অমন মাগী লৈজব সম্পত্তি পুম্নমক যোস্থোক্লগ শেল মযামহু পুংগ বদরীকাশ্রম চত্তুনা বদরী নারায়নগী মকমদ কংশিল্লগ চয়ন্দ থুকমজখি । অহিং অত্তুগী মমঙদ শ্রীনারায়ননা হেঃ ভক্ত অথোইব ! নঙন ঐত্তোন্দ কংলিবসি ঐ পেল্লে, অদুন শেলশিং অসি পুরগ বৃন্দাবনগী অরিষ্টগ্রামগী কুণ্ড মপান্দ রঘুনাথদাস কৌব ভক্ত সন্যাসি অম লৈবনি, মহাক্ন শ্রীকুণ্ড অনিমক সংস্কার তৌগে খল্লবনি, মতোন্দ শেলশিং অসি পীয়গ নঙন য়াম্না থুন কুণ্ড অনিমক সংস্কার তৌক হায়ন তাকপিখি । নোং হেক থানবগ ভক্ত মহাজন ইবুঙোগী য়াথং মতুংইন্ন শেলশিং অদু পুরগ রঘুনাথ দাসকী মকমদ পীরবে অমহুং মতুগী রা পুমনমক নিঙথিন তমজখি । রঘুনাথ ডাইহাক রাখল থম্বগ সাথো সাথো হায়ন য়াম্না হরাওন হাবরকখি, ইবেম্মন নত্তেন্দ কৃপা পীবিরবনি, মরম অদুন নঙন য়াম্ন থুন কুণ্ড অনিমক অসি সংস্কার তৌরো হায়ন কুণ্ড শেমদোকপগী ভার অপূর্ব ভক্ত মহাজন অদুগী মকমদ শিন্নখি ।

দাস গোস্বামীগী য়াথং মতুংইন্ন ভক্ত মহাজন অহানবদ রাধা-কুণ্ড পরিং থাহুন তৌথোকপ হৌখি । মর তৌথোক্নব মতুংদ শ্রীকুণ্ড মপান্দগী শ্রীরাধাকৃষ্ণ যুগলমূর্ত্তি অম ফঙখি, যুগল মূর্ত্তিদু দাস গোস্বামীন নিঙথিন অভিষেক তৌরগ ব্রজবাসীশিংবু কৃষ্ণমন্ত্র দীক্ষা

পীবিরগ সেবাগী ভার অপূর্ব ব্রজবাসীশিংগী মফমদ শিরখি। কনাগুপ ভক্ত মহাজন অমন মন্দির শারগ রাধাকুণ্ডগী মনিং ঝুলন বৃক্ষগী মনাক্ত লেংশিল্লগ লৈখ। মতম শাংন সেবা নিঙ-থিন তৌবিদবদগী য়াম্ন মোংন লৈরকখি, মবৈদ রগাঘাটতা লৈব ভক্ত মহাজন অমন বৃন্দাবন পরিক্রমা লাকপ মতমদ ইবুঙোন সপ্লাদেশ পিবিতুন মহাজন অহুন অমুক হুন্ন সংস্কার তৌতুন শেম-জিনখিবদগী হৌজিক ফাংব নিঙথিন লৈ র।

রাধাকুণ্ড লোয়রতুন শ্যামকুণ্ড পরিং থাহুন তৌথোকপ হৌখি, খর পাক্ক রাধাকুণ্ডগ মওং মামন শেমদোক্কে খন্দুন তৌথোকপ হৌখি, মতম অহুদ মপান্দ লৈব উ, উরিনচিংব খর শোক্ক তৌথোকউবদগী য়োংপাক্ক উরা খর ককথংলুবদগী ইখেঙ ওয়ন থোরকখি, অহুদগী তৌবগী থবক লেপখি। অহিং অহুদ দাস গোস্বামীগী মমঙদ যুধীষ্টিরন হায়খি, ঐখোয় পঞ্চপাণ্ডপন ইবুঙোগী কুণ্ড মপান্দ ভজন তৌহুন ইবুঙোগী নিতি রহস্যলীলা দর্শন ফঙনিংবদগী তপস্যা তৌফম মফম অসিতদি মাঙহনবীগনু হায়ন হায়জখি।

নোংঙাল্লগ দাস গোস্বামীন মফম অহুদ চৎতুন য়েংলুবদ মফম অহুদ উ মঙাথক হৌরম্লে, অহুদগী দাস গোস্বামীন উকোল অহু থাদোক্লম্লগ নিঙথিন শেম্ব হৌখি। মরম অহুদগী শ্যামকুণ্ড (চতুর্কোন) চিথেক মরি নাইত্রিব অসিদগীনি; মফম অহুবু পঞ্চপাণ্ডব ঘাট হায়ন মরাম্ন থঙনরিবসিনি।

শিজিন্নবা ঈখিং নৈরমত্রবা শ্রীকুণ্ড অনিমকপু নিঙথিন শেমদোক্লুন জল মরাং কায়ন লৈন্দুনা তীর্থ যাত্রী খুদিঙমক্না শ্রীকুণ্ড স্নান তৌজবা যংজরিবসি দাস গোস্বামীগী পারশ্রমদগী ফংজ-রিবনি। শ্রীকুণ্ড অনিমকপু পরিক্রমা তৌবিবা মতমদ অহানবদ দাস গোস্বামীগা মকমদ চংজরগ পরিক্রমা তৌবিয়ু।

মতুংদ খৃষ্টাব্দ ১৮১৭তা ভক্ত চুড়ামনি লালবাপুন লুপা লাক্ক অম চংনা মপাদ অকোয়ব সঙ্গমকুণ্ড পুম্নমক নুংঙৌন নিঙ-থিন চনবিহুন শেমজিনখি। অহুগী মতুংদ ঢাকা জিলাগী শ্রীযুৎ প্রিয়নাথ পালন লুপা লিশিং কুন্থ্রা চংনা অমুক হন্না পঙ্কোদ্ধার তৌবীহুন শেংদোকখি। পুম্নমক অসি কলি পাবন অবতার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী কৃপাদগী মরাম্না দর্শন অমসুং স্নান তৌবা ফংজরিবনি, মরম অহুন যাত্রীশিংনা মুন্না খন্থবিরগ মতম পুম্নমক্ত শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী চরণবু কাওবিরোইদবনি।

অমুক হন্না খৃষ্টাব্দ ১৯৮৭ ডিসেম্বর তাং ২ অগ্রহায়ন তা ১৫ শুক্লা দ্বাদশী নুমিত্তগী হৌন তৌথোকপা শেমদোকপা লোয়-রহুন শ্রীরাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড সংস্কার অমসুং কুণ্ড পরিক্রমা কুণ্ড আরতিনচিংবা তৌহুন অমুক ইনৌ নৌন শেমদোক্লে।



# বৃন্দাবনগী প্রসিদ্ধ বিগ্রহ অহুমগী

## বারি

### শ্রীনাথগোপাল ( গিরিধারীগোপাল )

শ্রীনাথ গোপাল বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌবগ গোবর্দ্ধনদ সেবা চংলম্ব বিগ্রহনি, মূর্ত্তি অসি মাধবেন্দ্র পুরীন গোবর্দ্ধনগী লোকমুন্দগী অবিস্কার তৌরগ গোবর্দ্ধনদ সেবা চংখিবনি।

**শ্রীমাধবেন্দ্র পুরী :—** শ্রীগোপালদেবন স্বয়ং প্রকাশ তৌব মতম মৈরহুন মাধবেন্দ্র পুরীবু তীর্থকোয়ব লাকহনখি। তীর্থ মথং মথং অস্সুম কোয়রকপদা মবৈদ বৃন্দাবনদ থুংখি। নোংম গোবর্দ্ধন পরিক্রমা তৌরম্মী, গোবিন্দকুণ্ড স্নান তৌবগ মপান্দ কমহুন উথোং অমদ নাম কীর্ত্তন তৌহুন লৈখি। মতম অতুমক্তদ গোপ মচা অমন শঙ্গোম চফু অম পুরগ নোকমি নোকমি তৌহুন হায়রকই, মাধব নঙ্ শঙ্গোম অসি থকচো, ঐখোয়গী বৃন্দাবন অসিদি নিহুন চাত্রবদি চানব পোং অমত লৈতে, নঙ্ন নিরগ চাগেদি হায়ত্রগ করিগী উথোং অসিদ চরা হেন্নগ ধ্যান তৌহুন লৈরি? মকম অসিদদি কনানত চরা হেনব য়াদে, চরা হেনব মথৈ ঐন মখোয়গী চানবা পোং পীবি।

গোয়ালা মচা অহুগী অথুম্ব বাঙাং তাকুবদ মাধব পাম্ভক ভকখি অরাম্ব খোরাংব ভম্ব মাঙখি; মাধবন হংজৈ নঙ কনানো

কদাইদ লৈ ? গোপ মচা অহুন খুমথি, ঐ খুল অসিদ লৈ, কম্ম ঐ চরা হেল্লি হায়বসি খঙলিবা ? গোপ মচা অহুন থুম্লকই, গোপী গোয়ালিনীশিংন গোবিন্দ কুণ্ডদ ঊশিং শোকপ লাকপদ থেংনহুন মখোয়ন হায়হুন খঙবনি, মখোয়ন ঐবু শঙ্গোম অসি খর পীরু হায়হুন থারকপনি, ঐহাক থবক য়াম্ন লৈ চৎলগে চক্ষুসি কোন্ন লোৌরগে হায়রমলগ গোপ মচাহু চংগ্রে। মাধবন শঙ্গোম অহু থবলে, অতুগা চক্ষু অহু চামখোক্লগ থমলে, গোপ মচা অহু লাবপ্রা হায়ন লক্ষীরোমদ য়েংহুন লৈখি ; অতবু গোপমচাহুদি অমুক চক্ষুকখিগ্রে। মাধবন নাম কীর্ত্তন তৌহুনা অহিংহুম লেনখি, অহিং তুমথুল হল্লকপ মতমদ ইবুঙোগী মায়ান ঙাইহাক্কুং জ্ঞান মাঙহুন তুমখি, মমঙদ নিপামচা অহুন মাধবপু মথুংথম্লহুন পুংগ লোক্লুং অমদ চিংশিনখি অত্রগ হায়রকই, য়েংউ মনি ঐগী কুম্রনি, মসিদ ঐদি য়াম্ন বান নোংজু মুংশা মরক্ত নঙতবু ঙাইহুন লৈরকপ য়াম্ন কুইরবনি। ঐদি বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌরগ গোবর্দ্ধনদ সেবা চংলম্বনি। ঐগী ইমিংন গিরিধারি গোপাল ( শ্রীনাথগোপাল ) কৌই। ঐগী লৈফমদি গোবর্দ্ধন মথক্তনি, পুজারীশিংন ম্লেশপু কিবদগী লোক্লুং অসিদ ঐবু থামরম্লগ লোইন চেম্রপ্রবনি। নঙ্ন ঐবু হয়েং নোং হেক ঙানবগ চৌংথক অসিদ পুথৎলগ থম থম্বিয়ু শোয়ব য়াদে।

মাধব মিৎকপ থংথোক থোক্লগ থনখি, তোন্লিদ মীওইবগী মপোক ঐন অহুক বান অমুক্তং দর্শন ফংজগে তাজবিব মূর্ত্তি অহুম স্বয়ং ইমাঙদ শংশঙন প্রকাশ তৌখিরমলব কাওবদ ঐগী ইবুঙোবু

মশক থঙবব ভমখিদ্রে হায়না নোংঙান্দব ফাঙব ওনবোইন কপ্তুন লেনখি।

নোং হেক ঙানবগ গোবিন্দ কুণ্ডদ স্নান তৌজরগ ব্রজবাসী ময়াম কৌরগ হায়খি, নখোইগী গ্রাম অসিগী গোপালদেব লোক্লুং অসিদ লৈরে, মসি ঐখোয় ময়াম চঙলগ অমুক্কুং পুখোর্ক'স হায়রমই। ময়াম মাধবকী মরা তারগ মাগী মাগী লৈজব থুং-লাই য়োং, শিংজুং, থা'জৌনচিংব পায়রগ মাধবন লম্বী চীংহুন জঙ্গল পুম্নমক হাইদোক্কুন য়েংলুবদা লোক মন্নুংদ মূর্ত্তি অহু লৈরমলে! ময়াম চংহুন মূর্ত্তি অহুবু থাজংনব হোৎনবদ মূর্ত্তিহু লেঙব ঙমলমদে। অহুদগী মাধবন পায়রগ খিত্তং ইনখৎপদ ইরায় লায়ন মূর্ত্তি অদু থাজংলে, ময়াম চঙদুন নংপাক অমগী মথক্ত লেঙশিল্লগ গোবিন্দকুণ্ডদগী চফু ১০০। ১০০ না ঈশিং পোক্লুনা নিঙথিন স্নান তৌজরে অমোং অকায় অপুম্ব চামখোক্লগ থাও নিঙথিন তৈরগ ময়াম চঙদুন চীঙথক্ত পুখৎলে; নিঙথিন অভিষেক তৌরগ উনাক্তন খাঙপোক অম থম্মুন ইবুঙোবু নিঙথিন লেংশিলহল্লে।

গোপালদেব প্রকট ওইরকপগী পাও অসি মায়কৈ থুদিঙদ শন্দোকখিদুন ময়ামন মান মান ঙমজব চানব পোং কৎলরে, ইনাকথুনব দুকান্দারশিংন চেং, য়াম, ঘী, থাও, থুম, হবাইনচিংব কৎলবন চীঙগুমন পৈরম্মী। কৎলরিব অচা অৰ্থক পুমনমক পুজারী ৪০। ৫০ না নিঙথিন থোংলগ ইথুঙোবু লুক হাহল্লে। অদুগ

অহুক য়াম্ন থোংলিবশিংদো ইবুঙোন খুদক্ত লোইন হাখি। অহৎদগী মনম মুংশিব ঈশিংন আচম্বননচিংব তৌরগ উনা নিঙ-থিন থারগ ইবুঙোবু লেঙশিলহল্লে; উনা চবুল অমন ছুমাই থোগল তৌদুন ইবুঙোবু নিংথিন বিশ্রাম তৌহনখি। পূজারীশিংন অমুক নিঙথিন থোংলগ অরাক অরাকপ মী খুদিঙমক ইবুঙোগী অধরামৃতগ লোয়নন ফংহন্দুন মপুক্তিং য়াম্ন মুংঙাইন ময়ুম ময়ুমদ হয়খি। মতুংদ ইনাক খুনবশিংন যণবী অমম্ম কংপন ইবুঙোগী যণবী লিশিংদগী হেনখি। য়ম্ন থুন ইবুঙো লেঙশিন্নব মন্দির, বাহ্নেলৌশং, মী লৈকম, মী থুংফম পুন্নমক শাগৎতুন ইবুঙোবু মন্দির মনুংদ মুঙাইন লেঙশিল্লপ থমখি। মাধবন ব্রজবাসী-শিংবু কৃষ্ণমন্ত্র দীক্ষা পীবিহুন ইবুঙোগী সেবা পুন্নমক ব্রজবাসীশিংগী মফমদ শিন্নখি। মতৌ অসুম তৌন মাধবেন্দ্র পুরীগী মমিং মফম খুদিংদ শন্দোকখি।

প্রকট ওইরকপ চহি অনিগী মতুংদ নোংম মাধবকী মমঙদ ইবুঙোন তাকপিখি; মাধব! ঐগী হকচাং অসি মতম শাংন নোংজু, মুংশা অমম্নুং লৈমন শোকখিবদগী ইশাত শাহুন লৈবে মরম অহুন নঙন য়াম্ন থুন নীলাচলদ চৎলগ আচন্দন লৌরুয়ো, মহুন তৈত্রবদি অশাব অসি কোকপ চম্মরোই হায়ন তাকপিখি। ইবুঙোগী য়াথং পুহন মাধব নোংঙাল্লগ নীলাচল যাত্রা তৌরক্লে। গৌড়দেশ লোমদ লাক্লুন শান্তিপুরদ থুংখি, অদ্বৈতবু দীক্ষা পীবিরম্লগ নীলাচল যাত্রা তৌখি। লম্বীদ রেমুনা য়োৱহুনা গোপীনাথ

দর্শন তৌজবে, গোপীনাথকী সন্ধ্যা আরতি য়াওরবী, গোপীনাথকী মহৌশান মুংদাংগী ভোগ "অমৃত কেলী' ক্ষীর চক্ষু তরানিথোই তরানিথোই কংলম্মী। মাধবন মপুক্ত খঙলি ক্ষীর অসিগী মহাও খরদং খঙজরবদি ঐন হয়েং হনগ্রগ ইবুঙোগী ভোগ কংলবদি করা মুংঙাইগবা অহুবু ঐন খল্লুরিবসি করিগীনো ঐদি কদোইদস্ত নিহুন চাদে হোকপনিদ মাধব হায়ম মথন্ত মপুক্ত থিক্কা তৌজখি। গোপীনাথপু থুকমজরগ ভুমিম খোকথিহুন কৈথেলশং অমমব অমদ ফগহুন নাম কীর্ত্তন তৌহুন লেনখি।

পুজারী পুম্ব লোয়ন ভুম্নখরে, সেবা তৌরিব পুজারী অমগী মমঙদ ইবুঙোন তাকপিখি, হৌগংলো পুজারী ঐন নখোয়বু ঐগী মায়ান কনা খঙহন্দন ক্ষীর চক্ষু অম কৈজোম গুঞ্জান কুপ্তুনা থমলি মসি লৌরগ কৈথেলশঙ মনুংদ লৈরিব মাধবকী মফমদ থর পীরু হায়ন তাকপিখি। পুজারী য়াম্না থুনা হৌগত্তুনা স্নান তৌরগ থোং হাংদোকহুন য়েংলুবদ ইবুঙোগী কৈজোম গুঞ্জান কুপ্তুনা ক্ষীর চক্ষু অম লৈরম্মে; ক্ষীর চক্ষু মকোক্ত হাপ্লগ হা, মাধব! মাধবেন্দ্র! নঙগীদমক গোপীনাথন ক্ষীর চক্ষু অম লোত্তুনা থনম্মে মসি অমুক্ত লৌবিরো হায়ন তোয়ন তোয়ন কৌবকখি। কৌব তাবদ মাধব থোরক্লে; পুজারী অতুন মাধবকী মথুক্ত ক্ষীর চক্ষু অহু শিন্নরগ মাধবকী মথোং কোন্দুনা কপ্প কপ্প হাৱখি, নঙগুম্ব ভক্ত পৃথীদ অতাঙবনি নঙগীদমক গোপীনাথন ক্ষীর হুরান্দুনা থমখিব হায়ন প্রলাপ তৌর তৌরহুন

থুকমজগ পূজারী মমুমলোমদ হনখি। মাধবনা ক্ষীর অদু মহাও তংলব মতুংদ চক্ষু অহুমুস্ত কুপ্প থুগায়রগ বহির্বাসত পুন-শিন্দুন থমখি, অদুগ নোংম নোংমগী মচেৎ অমম মহাও তংজখি। মুমিৎ অদুদগী হৌন গোপীনাথন মনাই তঙ্কগীদমক ক্ষীর হুধান্দুন থমখি হায়বগীদমক "ক্ষীর চোরা", "গোপীনাথ" হায়ন ভারতবর্ষগী মফম খুদিঙমক্ত কাওখি। "মাধবপুরী মাধবেন্দ্র পুরী" হায়ন মমিং চংখি, মাধবন থঙখি নোংচাল্লবদি মী মযাম তিন্দুন অরাব তাররগনি খন্দুন নোংঙাল্লিবৈঙন স্নান তৌজরগ মানসিকন ইবুঙোবু থুকমজরগ নীলাচল যাত্রা তৌখি। নীলাচল যৌরগ নিংথৌগী মফমদ হায়রদুন, নিংগোন ইবুঙোগী থোম্নবগীদমক চন্দন মন অম কর্পূব তোলা কুনগ লোয়নন পুবিনব মী অনিথক্ক পীদুন য়েমুনা তান থিনাবরক্লে। য়েমুনাদ মাধবেন্দ্র অহিংদুমা পোথ'বে, অহিংদুগী মমঙদ গোপালন তাকপিখি, মাধব হুযেংদগী হৌন গোপীনাথকী অঙ্গদ চন্দনদু নিংথিজন থোল্লো, গোপীনাথক ঐহাক হকচাং অমতনি, মহাকগী দর্শনগীদমক মূর্ত্তি তোঙ'ঙবনি, ঐগী হকচাংদ তৈবগুম্ন অদুম ঈংজবগনি হায়না তাকপিখি। নোংঙ'ল্লগ মাধবন গোপীনাথকী সেবকশিংগী মফমদ মচগী বা পুন্নমক তমহন মুমিৎ অদুদগী হৌহন চন্দন নিঙথিন তল্লগ কর্পূর মানশিল্লগ গোপীনাথকী অঙ্গদ চন্দন নিঙথিন থোল্লে। অহিং অদুদ গোপীনাথন মাধবকী মফমদ তাকপীখি, মাধব নঙ মফম অভেদ চংলগনু অসিদ ওলাংথা চুপ্প লৈরো নঙগীদমক নোংমগী ভোগ ঐন পীরগনি।

মতৌ অসুম্ন মাধবেন্দ্র পুরীন 'রেমুনাদ ওলাংখা চুপ্ন লৈহ্নন গোপীনাথকী অঙ্গদ চন্দন নিংথিন তক্লগ কর্পূর য়াম্নরগ নিতিগী থোৱে।

ইন্নেোন তাকপিখি মাধব! ঐন পামজবদি "শুদ্ধ ভক্তি প্রেম" অদুতনি পুম্নমক অসি ঐঙোন্দগী থোকখিব ঙাক্তনি; তাও! ঐ বা হায়গে, প্রেম অদুন চন্দনগী মশক্তি, তারকপ পি অদুন কর্পূর ওইরগ ঐঙোন্দ মতম পুম্নমক্ত "শুদ্ধ ভক্তি প্রেম", অদু কংলু মহুতন ঐগী মতম পুম্নমক্ত বিশ্রাম ওয়বনি। মরম অদুন মাধব! ঐন পামজব "শুদ্ধ ভক্তি প্রেম" অদু মতম খুদিঙদ কাওগনু মী খুদিঙমক্ত মতুগী প্রেম অদু তম্বিয়ু হায়ন তাকপিখি।

ওলাংখা চন্দন কংপ লোইরদুন মাধব অমুক হন নীলাচল লোমদ চঙুন চন্দন লৌরে। হন্দক্তি মাধব বৃন্দাবন পাংলক্কে, বৃন্দাবন য়োরব মতমদদি মাধব প্রেম বিকারন পুম্নঙাও হাৎবে, ওন্ন-তৈনব বাধন (ভাব) লাক্লে। ঐন থিজবিব কৃষ্ণনা কদোমদ চংখ্রে? মথুবান বদোমদ? বৃন্দাবননা কনাইদ লৈখ্রে? মতৌ অসুমন মতম পুম্ননমক্ত প্রলাপ তৌহ্নন্ত লেনখি। গুরুগী অসিগুম্ব মতৌ অসি উরগ রামচন্দ্র পুরীন গুরুগী মফমদ উপদেশ ত্তৌখি, গুরুদেবদি"পুর্ণব্রহ্ম" ওয়রবনি করিগীদমক অসুমন কপ্লিব, রামচন্দ্র পুরীগী বা তাবগ মাধব শাওবন, ঐন ভক্তি প্রেমতন শ্রীকৃষ্ণবু খিরগ নঙন কনাইদগী ব্রহ্ম পুশিল্লকইব? পাপী নঙ, ইনাক্ত লৈরমু, থুন চংখ্রো হায়ন রামচন্দ্র পুরীবু তাম্থোকখি। শিষ্য ঈশ্বর

পুরীবুদি শুকপী লেবা নিঙথিন তৌজব ভক্তি প্রেম লৈবনিব মকোক্ত নানবিরগ শ্রীকৃষ্ণন মতম পুম্নমক্ত নঙগী নকমদ কৃপা পীবিব ওইসনু হায়রন, বর পীবিখি, মাধব মতম পুম্নমক্ত প্রলাপ তৌহনত লেনখি অদুগ বিপ্রলম্ভগী।

অয়ি দীনদয়ার্দ্র নাথ, হে মথুরানাথ কদাবলোক্যসে।
হৃদয়ং ত্বদলোক কাতরং দয়িত ভ্রাম্যতি কিংকরোম্যহম্।

শ্লোক অসি থীর থীরহুন বৃন্দাবনগী মহুংদ মাধবেন্দ্র পুরী অন্তর্দ্ধান ওয়রিখি।

মাঙি অসি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুন সন্ন্যাস তৌরগ নীলাচলদ লেঙব মতমদ রেমুনাদ গোপীনাথ দর্শন তৌখি, মতম অদুদ শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুব ভক্ত পার্ষদশিংগী মফমদ লীখিখিব মাঙিনি।

শ্রীশ্রীচৈতন্য চরিতামৃত মধ্য খণ্ড মরিশুব পরিচ্ছেদ।



## অনিশুব বারী
## শ্রীসাক্ষী গোপালগী বারী

শ্রীসাক্ষী গোপাল বিগ্রহ মন্দির :— শ্রীসাক্ষী গোপাল বিগ্রহ অসি বজ্রনাভ নিংথৌন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব মূর্ত্তিনি। ভক্ত বৈষ্ণবকী সাক্ষী পীনবগীদমক বৃন্দাবনদগী খোঙন লেংথিহন বিদ্যানগরদ লৈখি। মতুংদ উৎকলগী নিংথৌ পুরুষোত্তমনা বিদ্যা-নগর খুদম চনখিবদগী কটকতা পুরক্লনা কটকত লৈখি। বৃন্দা-বনগী মন্দিরদ অনৌব মূর্ত্তি অম প্রতিষ্ঠা তৌরগ মন্দিরদ লৈরি।

মমাঙৈদ বিদ্যানগরদ লৈব ব্রাহ্মণ অহল অমগ নহা অমগ তীর্থ কোয়ব চৎলম্মী। মখোয় অনি অসি খুল অমতদ লৈমিন্নবনি। ব্রাহ্মণ অহল অহন নহা অহবু তীর্থ চৎপগী সেবা তৌনবগীদমক নেক্লগ চৎমিন্নখিবনি। তীর্থ মশিংশুন কোয়রব মতুংদ বৃন্দাবনগী সাক্ষীগোপাল দর্শন তৌখি, সাক্ষীগোপালগী নিঙথিজরব রূপ অহুদ শুমহৎখিন্নন মুমিৎ ৪।৫ নিরোম মন্দির অহুদ লৈহন গোপালদেববু দর্শন তৌজখি। মতম অহুদ ব্রাহ্মণ অহল অহন হায়খি, নঙ্ন ঐগী সেবা তৌবসি গোপালা বান তৌবিগ্রে ; ইচা-মক্লসু নঙ্ন তৌবিরিব সেবা অসুম্ন তৌবিরোই! নঙগী লমন অসি করম্ন শিংগদগে হায়ন খল্লি। মাহে অহু তারগ ব্রাহ্মণ মচা অহন খুমখি, ভক্ত বৈষ্ণবকী পেন্নব সেবা তৌব হায়বসি ঈশ্বরমক্লসু পেনবী হায়ন ভক্তি শাস্ত্র পুম্নমক্ত লাওরিং করিসু লৈব্রবা ঐন বাবাগী সেবা খর তৌজব অসিদি শ্রীগুরুগী সেবানি,

অত্তুদ করি অমত চিনেৎিগনু। ব্রাহ্মণ অহস অত্তুন অমুক হায়রকই, ঐ পুৎপেল পেল্লে, অত্তন মুন য়োৗরগ ঐন নঙোন্দ ইচানুপী পীরগনি। বাহ্ তাবদ ব্রাহ্মণ মচা অহুন হায়রকই, ঐদি ভোজ্রব জাংকি লায়রব ব্রাহ্মণ মচানি, বাবাদি শাগৈ জাং অফব ইনাকথুনব ব্রাহ্মণনি; ঐঙোন্দ নচানুপী পীবসি ওইথোক্তে অত্তুগী মথক্ত নচানশু শাগৈ না'ত কনা অমতন য়ারোই। প্রমাণ ভীষ্মক রাজান মচানুপী রুক্মিনীবু শ্রীকৃষ্ণদ পীগে হায়রম্ই, মচা-শিংন য়াদবদগী পীব ঙমখিদে। ব্রাহ্মণ অহল অত্তুন অমুক হায়রকই— ইচানুপীদি ঐগী অশেংব লননি, ঐগী লনবু পীনিংবৰ মীদ পীবদ কনাগী আপত্তি লৈবগে।

ব্রাহ্মণ মচা অত্তুন হায়রকই, ফয়ে অত্তু ওইরবদি সাক্ষী-গোপালগী মমাঙদ অমুক্তে বাশক্তুন হায়বিয়ু; ব্রাহ্মণ অহল অত্তুন সাক্ষীগোপালগী মমাঙদ বাশকুন হায়খি, ঐন মুম য়োৗরগ ইচা-নুপীবু ব্রাহ্মণ মচা অসিদ শোয়দন পীরগনি, অসিদ ইবুঙোন অমুক্ত সাক্ষী ওইবিয়ু। ব্রাহ্মণ মচা অত্তুন অমুক হায়জ্ররকই— ইবুঙো! ইবুঙোন লেপ্পমক সাক্ষী ওইবিগদবনি. করিগুম্ব থেড়া তৌনরক্লদি ইবুঙোবু সাক্ষী ওইন কৌরগনি হায়ন সাক্ষীগোপালগী মফমদ হায়জখি; অত্তুগী মতুংদ ব্রাহ্মণ অনিমক মাগী মাগী ময়ুমদ হন্নখি। ময়ুম য়োৗরগ ব্রাহ্মণ অহল অত্তুন মপুক্ত মওল মওল থল্লকই, তীর্থদ হায়নখিব বা অসিবু অচুম্বা ওইগদৌরিবরা? ইবুঙো। লিনসু শিলব চৈসু ভেকনব, মরম পুম্নমক অসি কায়দনব

শিনবিয় হায়ন ব্রাহ্মণ অদুন সাক্ষী গোপালগী চরন্দ হন্ন হন্ন ভক্তিগ লোয়নন মানসিকন থুকমচন্নবকই। বা অসি অহানবদ ময়ামগী মফমদ খঙহন্দব য়াদে হায়দুন মতু, মচা, শাগৈ-নাতৈগী মফমদ বাসি খঙহল্লে ; ময়াম্ম হায়রকই অদুগুম্ব বাবু মীন তৌনব হৌনবরা ? নঙবু ঙাওরব্রা হায়ন ময়াম্ম মাবু লঙনখি। মতুমগাশিংন হায়খি, করিগুম্ব ময়াম্ব নমদুন পীরবদি ঐখোয় লোইন হু চারগ শিগনি, ব্রাহ্মণ মচা অদুদা ঐন করম্ব মতমদ হাযখিবনো ঐদি কাওগ্রে হায়ন, ব্রাহ্মণ মচা অদুবু নমহুৎলগ লোইরে, অদুগীদমক করিগী অস্থক বারুম্বিবনো হায়ন ময়াম্ম হায়বিরে।

ব্রাহ্মণ অহল অদু অঙাওব তারে মাগী মরা কনা অমতন লৌবিদ্রে, খর লৈরগ ব্রাহ্মণ মচা অদু মমুমদ লাক্লগ হায়ররে, বাবান নচান্নুপী পীগে হায়রম্লগ তুমিম লৈথোক্লবদি করি তৌরে, হায়ন হায়রকপদ ব্রাহ্মণ অহল অদুদি বা অমত হায়দন তুমিম লৈখি। মচানিপা অদুন নথিক নেম্বন থা লাম্ব শারি হায়ন চৈ পায়দুন ফুগে তৌরে অমসুং ব্রাহ্মন মচা অদুবু মমুমদগী তাম্থোকপ্লে। ব্রাহ্মণ মচা অদুন লৈকাইগী মী ময়ামদ বাকংলে ঐদি হায়রে — ঐদি তোল্লব অাংকী লায়রব ব্রাহ্মণ মচানি, বাবাদি ইনাকথুনব অফব অাংকী ব্রাহ্মণনি ঐঙোন্দ নচান্নুপী পীবসি ওইথোক্কে হায়ন হায়রে অদুবু সাক্ষীগোপালগী মমাঙদ রাশকতুন ঐন শোয়দন ইচান্নুপী পীগনি হায়ন সাক্ষী গোপালবু সাক্ষী ওইহল্লে। হৌজিক বেড়া তৌনরক্লবনিন গোপালবু অসিদ

কৌরগ সাক্ষী পীহনগনি ; রাহ্ন তাবদ ব্রাহ্মণ অহল অদুন হায়-রকই গোপালনবু অসিদ লাকপগ সাক্ষী ওইবিররবদি, ঐন শোয়দন নত্তোদ্দ ইচানুপী পীগনি, রাহ্ন তাবদ ব্রাহ্মণ মচা অদুন হায়জ-রকই— বা অসি মন্নায় অমুক্ত চেদা ইরগ থম্বিবু। মন্নায় বা অদু চেদ ইরগ থমলে, ব্রাহ্মণ মচা অদু বৃন্দাবনদ সাক্ষীগীদমক সাক্ষীগোপালবু কৌব চৎখ্রে।

ব্রাহ্মণ মচা অদুন বৃন্দাবন য়ৌরদুন গোপালদেববু খুরুমজরগ হায়জরকই, হে: ব্রহ্মণ্যদেব। নঙদি থোজাল হৈবনি অচুম্বগী-দমক অমুক্ত সাক্ষী ওয়বিবু, ঐন হায়জবদি মুপী পামজবগী নৎচদে, ব্রাহ্মণগী প্রতিজ্ঞা অসিতদি ইবুঙোন ঙাকপীবু হায়ন গোপালগী মমাঙদ ওন্থোরন কপ্প কপ্পদুন হায়রখি ; গোপালন খুমকই, ঐন নঙগী সাক্ষী শোয়দন ওইগনি ; করে অদুন নঙ্ নমুখ্ম নিঙাইদন হনখ্রো, হয়েং সাক্ষীগী মতাংদ ঐবু নিঙশিং-লকউ, ঐন চোংথোরকুন নঙগীদমক শোয়দনা সাক্ষী পীগনি। গোপালগী বা তারগ ব্রাহ্মণ মচা অদুন হায়জবকই— ইবুঙো ! ময়ামগী মমাঙদ অদুম হায়জরুব ওমজরোই অমুক্ত লেঙবিবু. ইবুঙো ! গোপালন খুমকই— ঐদি প্রতিমানি, প্রতিমান চৎপসি ওইথোক্তে ; প্রতিমান চৎলি হায়বসি নঙ করিগুম্বদ তাথ্রব্রা ? রাহু তারগ ব্রাহ্মণ মচা অদুদ অমুক হায়দুরকই, ইবুঙো ! প্রতিমা ওইবিরবদি করিগী বা ঙাঙবিরি ? নঙদি প্রতিমা নত্তে সাক্ষাৎ ব্রজেন্দ্র নন্দননি, ব্রাহ্মণগীদমক্ত মীন তৌনদব থবক অমুক্ত

পাংথোকপিয়ু রা অসি তারগ গোপালন নোঙ্গহুন হায়রকই—ফরে অহান ঐ চংলগে, চেঙ অহাওব সের অমতংদি নঙ্‌ন নিঙথিন খোংলগ ঐবু পীজরো, চংপ মওংদি কনা উহন্দন নঙগী নতুন ঐ চংকনি, ঐগী নূপুর খোঞ্জেল তারগ, নঙ্‌ন ঐ লাকই হায়বসি খঙউ, করিগুম নঙ্‌ন হয় য়েংথোরক্লবদি মফম অতুদ এ অতুম লৈরগনি অমুক হয় চংলরোই ; মসি নঙ্‌ন খঙ্‌ন চংকদবনি। ব্রাহ্মণ মচা অহুন চেঙ অহাওব সের (কেঃজিঃ) অম নিঙথিন থোংলগ ইবুঙোবু পীজরে, অতুগী মতুংদ ব্রাহ্মণ মচা অহুগী তুং ইন্দুন ইবুঙো লেঙলকখি। বিদ্যানগর য়ৌরহুন নূপুর খোঞ্জেল তাত্রহুন ব্রাহ্মণ মচা অহুন হয় য়েংথোরকপদ গোপালদেব লেপ্তুন লৈরমলে।

গোপালন হায়রকই, নঙ্‌ন শোয়রবনি ঐদি অসিদ অস্থম লৈরগে নঙ্‌ন ময়ামগী মফমদ সাক্ষী লাক্লে হায়ন তাকউবো। ইবুঙোগী বা তারগ ব্রাহ্মণ মচা অহুন ময়ামগী মফমদ গোপাল-দেবন সাক্ষী পীব লাক্লে ময়াম থোকপিবক্লো হায়না হায়রবে। ওইথোক্লব থৌদোক অহুবু য়েংনবগীদমক থুলগী নুপী, নুপা, নাহা, অহল, অঙাং পুম্নমক চেন্থোক্লরকলে ; থুলগী মী থুদিংমক্ত ইবুঙোবু দর্শন ফংজরে। ব্রাহ্মণ অহল, মতু, মচা পুম্নমক থোরক্লম্ম ইবুঙোগী চরন্দ থুক্নমজররে ; ব্রাহ্মণ অহল অহুন ইবুঙোগী মাঙদ মচানুপীবু ব্রাহ্মণ মচা অহুগী মফমদ দান তৌপ্রে। গোপালন হায়রকই—

মথোয় অনিদি ঐগ মপোক মপোক থুদিংমক্তু লোয়নরকলবনি, অহুন নিনিঙব বর অমত্তং নিজরো, ঐ পীরগে হায়রন তাকপিখি। ইবুঙোন বর পীবিগে হায়রবদি মফম অসিদ অহুম লৈবিরো হায়রন নিজবদ ইবুঙোন য়াবিরহুন বিদ্যানগরদ ইবুঙো লেঙদন লৈবিখি। মখোয়মন ইবুঙোগী সেবা নিঙথিন তৌহুন লৈখি। মতম খর লৈরগ লৈবাক অহুগী নিংথৌন ইবুঙোগী মন্দির, রাজ্যৌশং, মী লৈকম নিঙখিজন শাহুন ইবুঙো লেঙদন লৈখি। অহুদগী বিদ্যানগরদ লৈহুন বিদ্যানগর সাক্ষীগোপাল হায়রন কাওখি।

উৎকল দেশত পুরুষোত্তম কৌব য়াম্না কৃষ্ণভক্তি লৈব, খৌনাফব, খুৎকল পাজলব নিংথৌ অম পাল্লমই; মহাক্কী মহারাণী অহুম্ব শ্রীকৃষ্ণদ য়াম্না ভক্তি লৈবী বৈষ্ণবী অম ওইরম্মী। বিদ্যানগরগী নিংথৌবু মহাক্ক খুহুম চন্দন মাগী মথা পোলহনখি। নিংথৌ অহুগী মমল য়ামগ্রব মাণিক্যগী সিংহাসন অম লৈরম্মী, সিংহাসন অদুবু পুরুষোত্তমন লৌরগ জগন্নাথকী মফমদ কৎচখি। পুরুষোত্তমন সাক্ষী গোপালবুসু মাগী লৈবাক লেঙবিনব হায়জবদ ইবুঙোন য়াবিদুনা কটকত হোংদুনা লৈখি।

নোংম মহাক্কী মহারাণীন কীরোল, সনাগী অলঙ্কার, সনা, রূপানচিংব কৎচরম্মী। মহারাণী অদুগী কজগ্রব, মমল য়ামগ্রব মাণিক্যগী নাসিকা অম লৈরম্মী, মহাক্ক নাসিকা অদুবু ইবুঙোদ

য়াম্ন কংনিঙলম্মী, মহাক্ল মপুক্ত মওল মওল খন্দুন মুমদ হনখি; করিগুম্ব ইবুঙোগী নাতোন্দ মখুল লৈরম্নবদি ! নাসিকা অসি ইবুঙোদ থোল্লবদি কয়া ফজ্জগবা ? লৈরমগনি নিঙদে হায়ন খল্লখি। অহিং অদুগী মমঙদ গোপালদেবন লাক্লগ হায়খি, নঙন নাসিকা য়ানবিগে হায়বদো, ঐগীসু ইমান অঙাং ওইরিঙৈদ নাসিকা য়ানবিখি অদুন মখুল ফজন লৈ য়েংউসে হায়ন মহারাণীবু য়েংহনখি।

নোং হেক ঙানবগ মহারাণীন নিংথৌদ মওগী বা পুম্নমক তমদুন নিংথৌ মহারাণী মথোয় অনিমক লাক্লগ উৎসব য়াম্ন চাওন তৌরগ ইবুঙোগী নাতোন্দ নাসিকা অদু য়াল্লখি। মতৌ অসুম্ন কটকত লৈদুন কটককী সাক্ষী গোপাল হায়ন ময়াম্ন দর্শন তৌনরিব অসিনি। ভক্ত ব্রাহ্মণগী সাক্ষী পীনবগীদমক বৃন্দাবনদগী খোঙন লেঙলক্লুন বিদ্যানগরদ লৈখি অমসুং মনাই ভক্ত বৈষ্ণবকী পেম্নবগীদমক বিদ্যানগরদগী কটকত লৈখিদুন কটককী সাক্ষীগোপাল হায়ন ফাওরি।

বারি অসি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুন সন্যাস তৌরগ নীলাচলদ লেঙবা মতমদ কটকত সাক্ষীগোপাল দর্শন তৌখি, মতম অদুদ শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুন ভক্ত পার্ষদশিংগী মফমদ লৌখিখিব বারীনি।

শ্রীশ্রীচৈতন্য চরিতামৃত মধ্যখণ্ডমঙাশুব খণ্ড পরিচ্ছেদ।

---

অহুমশুব মারি

## শ্রীবঙ্কবিহারী আদালট সাক্ষী

শ্রীবঙ্কবিহারী মন্দির:— শ্রীবঙ্কবিহারী বিগ্রহ অসি তানসেনগী গুরু হরিদাদ স্বামীন নিধুবনগী বিশাখা কুণ্ডদগী ফংখিবনি। মন্দির অসিগী দর্শনদি পর্দ্দা র হাংদোক হাইজিন তৌবন মূর্তি নিঙথিজন মপুংফান দর্শন কউদে, হাইফেং হাইকেন্ত মউই, চহি খুদিঙগী ওয়ন অক্ষয় তৃতীয়া নুমিত্তদি চরণনচিংব সম্পূর্ণ দর্শন কউই।

শ্রীবঙ্কবিহারী আদালট সাক্ষী:— শ্রীবৃন্দাবনগী মমুংদ শ্রীকৃষ্ণদ ভক্তি য়াম্ব লৈব ব্রাহ্মণ মচা অমা লৈরম্মী, মহাক মহৈস্নু য়াম্না হৈতে অদুগী মথক্ত মহাক য়াম্নস্নু লায়রম্মী। মাগী ইমুং মমুংদ মপা, মমা, মথুরা, মচোল, মপল, মম্মাল মহাক্কী ব্রাহ্মণি অদুগ চহি মরিত ভাইরিব মচানিপা অমগ মী য়াম্ন চাম্মী। মথুরান স্কুলগী ওঝা, মপলন তুকান অমগী পোৎ ওন্থোক-ওনশিনগী থবক তৌরম্মী, মহাকস্নু খাদ লুপা নিপাল ফংডুন তুকান অমগী থবক তৌরম্মী। অদুম ওইনমক বৃন্দাবনগী চাব থকপ ভরণ পূষণ তৌবদ য়াম্ন থান লেল্লমই, অদুম ওইনমক ভগবান্না মখোয়ন তৌজরিব খিবিক মঙলগী মশক্তি খন্দুন কর্ম পুম্নমক ভগবানগী মফমদ সমর্পণ তৌজরম্মী। ভগবান্না নোংমদি অহানবদ মনাই ভক্তগী চাং য়েংব হৌখি, অহানবদ মপা মতুংগী চহিদ মমা

কায়নখি, অহুগী মভুং চহিদ মপল, মঙ্কাল, মথুরা, মন্দোল মথং মথং কায়নখি, অহুগী মথক্ত মভু মচা ফাওব কায়নখি। মতৌ অসুম ভগবান মনাইগী পরীক্ষা তৌব হৌখি। ভক্ত অসিন পুম্নমক অসি করি অমত খন্দন ভগবানগী নামবু প্রেমগ লোয়নন শক শোন্দুন মতম লেনখি। অমুক খুদোং থীরব অসিদ মুংদাং পুং ১০। ১১ ফাওব মন্দিরদ ভজন তৌদুন নিতিগী লেনখি। মুমলোন কৈরোম্নবশিংন করেম কথাইনদুন মাবু লওনখি, অদুবু মহাক্ন পুম্নমক অদু করি অমত নাচুংদন তত্তন ভগবানগী নাম শক শোন্দুন মতম লেনখি।

মহাক্নী পাকাগী চুইমহলা দুকান অম লৈরম্মী, অদুবু য়েং-লুরবদি মপা-মপুগী হাক্তক্তা ইনাক কৈরাক খুলম্ব অমগুম উখি, অদুবু অরাবদি খম থেংগ্রবনি। ভক্ত অদুম ময়ামগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌবদ লৈকোক লৈকাইগী লুপা চামগারোম তোরম্মী, মরম অদুন ইনাকখুনব বৈশ্য নিপা অমগী মফমদ মাগী দুকান অদু লুপা চামগাদ বন্ধেক থমদুন লৈকাইগী শেন্দোল ময়াম অদু শিংদোকখি। হৌজিক মহাক্ন ভগবানগী ইচ্ছানি থন্দুন মতম অপুম্বদ মাগী নিতিগী নাম শোনব অদু তোকপ লৈখিদে; মাগী থাগী ফংলকপ লুপা নিপাল অহুমগী মাগী খরচ লুপা মরি খাকহৌরগ থা থাগী ওয়ন শেম্বদ লুপা মরি, মরি শিজংখি। করিগুম্ব মতমদন মাগী খরচ লুপা অহুমদং খাকহৌরগ থা অনিগী মমুংদ লুপা তরা শিজুংপম্ব

য়াওই। মতৌ অসুম্ম মচিং মচিং শিঙ্গংগ অসিদ মহাজনদ হায়জৈ খাট্টাদ পুন্ন পানশিনবিবত নন্তন হেণ্ডনোট মচা অমদসু থর নিঙথিন পানখৎলগ থম্বিয়ু হায়ন হায়জরম্মী' অদুবু মপুক ফত্তব শেনবু অদুন খাট্টাদ চনশিল্লবসু হেণ্ড নোটতদি শেলশিং অমত্ত পানখৎলমদে ; মরমদি চহি মরি মঙা লৈরগ শেন্দোয় শেল্লেপ লাকখৎলগ মাগী তুকান অসি ঐন শে'য়দন লৌরগদবনি হায়ন খন্দুন লৈখি। মরম অদুদগী হেণ্ড নোটত শেল অমতসু হুমা তৌ.রিবনি। চহি কয়ামুক মচিং মচিং শিঙ্গংখিবন শেন্দোয় শেল্লেপ পূল্লপ্ন লুপা অনিদ ঙায়রব মতম অদুদ শেনবু অহন শেন্দোয়-শেল্লেপ লাকখৎলগ মথুরা আদালটত্ত দরখাস্থ থারে। মতম থর লৈরগ কেশ তারিখ লেপ্লহুন কোর্টকি চপ্রাসি অমন সমন অম পুরক্লুন ভক্ত ব্রাহ্মণ অদুবু ফিরকখি। ভক্ত ব্রাহ্মণ মচা অদুদি অমুক যমুনা স্নান তৌরগ শ্রীবঙ্কবিহারী দর্শন চংখিরম্মী। মতম অদুমক্তদ চপ্রাসি অদুন থিরক্লুন সমন অদু জারি তৌখি। ভক্ত ব্রাহ্মণ অত্তন ক'রিগী সগণনো হায়ন হংজবদ চপ্রাসি অদুন মরোল পুম্‌নমক তাকপিখি' ভক্ত অদুন হায়জখি, শেল অপুম্ব শিংপ্রগ শুপ্নগী লুপা অনিথক্ত ঙায়রবনি হায়জরবদ চপ্রাসি অদুন হায়রকই, নঙ্‌ন শেল শিংব নতমদ থঙহৌব সাক্ষী লৈহৌব্রা? ব্রাহ্মণ মচা অদুন হায়রকই— লৈ সাক্ষী বঙ্কবিহারী মন্দির অসিদ লৈ। চপ্রাসি অদুন থনখি— বিহারী কৌব ব্রাহ্মণ অম মন্দির অসিদ লৈমাল্লে খল্লহুন, করে অদুদি নঙ্‌গী সাক্ষী বিচার মুমিত্ত শোয়দন

কোর্টত হাজির ওয়হনহনগনগদবনি হায়ন বঙ্কবিহারীগী মিংদ সাক্ষী পাল্লহন কোর্টত দাখিল তোরম্মী।

ভক্ত অহুন মন্দিরগী থোঙদ সমন অহু য়ানশিল্লগ হায়জখি— ইবুঙোন ননাইগী সাক্ষী ওইবিগদবনি, ননাইদি কৱিস্থ খঙজদে হায়হুন অহিং চুপ্পা অম বঙ্কেবিহারী হায়ন কপ্প কপ্পহুন নাম শোন্দুন, শোন্দুন অহিং লেনখি, অহুগ হায়জখি, মরম পুম্নমক ইবুঙোদি খঙবিরবনি ননাই ঐহাক্ত শেল শিংব থুদিঙগী ইবুঙোগী মাঙদ ইবুঙোবু খঙহন্ন শিংজব নত্রা, মরম অহুন ইবুঙোন মসিগী সাক্ষী ওৱবিক্‌ম থোকই। মসিদবু ইবুঙোন ননাইগী সাক্ষী মলেপ্পিত্রবদি শাস্ত্রন হায়ব ভক্ত বৎসল হায়ব ইবুঙোগী মিঙথোল অহু মাঙপ্রগনি অহুগী মথক্ত ইবুঙোগী মাঙ্ অসিদ ননাই শোয়দন আত্মাঘাট তৌজরগনি অসি হায়ন কপ্প কপ্পহুন নাম কীর্ত্তন তৌব হৌরকখি। ঙাইহাক্কী মন্নুংদ ইবুঙোগী মায়ান তুম্বিংবন জ্ঞান মাঙহুন লৈমায়দ তাখি। মতম অন্নমক্ত ইবুঙো স্বয়ং প্রকাশ তৌবিরগ ভাকপিখি, হেঃ ভক্ত অথোইব! ঐহাক্ত লেপ্পমক নঙগী সাক্ষী ওইবীগনি, নহাক নিঙাইদন নাম কীর্ত্তণ তৌহুন লৈজো। ইবুঙোগী অসিগুম্ব কৃপা বাণী তাজবদগী মমিং খঙপাঙ পাংথোক্লগ "গোবিন্দ হরে" "গোপাল হরে" হায়ন জগোই শাব হৌরকখি, অতাব মী থুদিংমক্ত ইবুঙোন কৃপা পীবিরমাল্লে হায়ন খল্লখি। মতৌ অম্নুন্ন নোং ঙাজব কাওব ভক্তন নামকীর্ত্তণ তৌহুন লেপ্পখি।

কেশ মুমিত্ত কোর্টকী মী অপুম কানরক্লে, মুন্সেফ মহাশয়সু কারকলে। মুমিৎ অদুদি ভগবানগী ইচ্ছাদগী শুক্ল মমগ্রব অমংব নোংব য়ায় কয় চুরম্মী, মরম অদুদগী মী অয়াম্বন চথোক চংশিল কয়া খুদোং চারমদে। ভক্ত অদুগী কেশন ইহান হায় থোকখি, পক্ষ অনিমক্কী জবান লৌরব মতুংদ, নত্তগী খত্তহৌব সাক্ষী য়াও-রকপ্রা হায়ন হংখি? ভক্ত অহুন খুমখি— সাক্ষী হায়ন কোর্টত হাজির ওইহুন লৈরে' মুন্সেফন চপ্রাসিবু সাক্ষী কৌহনখি— বিহারী, বিহারী, বিহারী। হায়ন অহয়ক শুরকপম ভগবান কমুল অমুব শেগায়ব মমনব অমম হকচাং পুম্ব কুপশিনবিরগ মোংপ্রব গোয়ালা অম ওয়ন আদালটত লেঙশিনবিরকখি' অদুগ মুন্সেপকী মমাঙদ চপ লেপ্তুনা লৈখি। ভগবান বিহারীন কোর্টত লেঙ-শিনবিরকপ উবমদ ভক্ত ব্রাহ্মণ; ইবুঙোগী চরন্দ থুক্রুমজে অমসুং মুঙাইবগী ভমথৈ লৈজখিদে।

ভগবান বিহারীন মায়থোং কমল মমুংদগী হায়দোরকপ উবমক্ত মুন্সেপ পুমশুম শুমহংখি, মহাক্কী মপাম্মোংগী জ্ঞান মাঙহন লৈখি ভাইহাক লৈরগ ভগবানগী মায়া কোকপ্রবা মতুংদ জ্ঞান ভারক্লুন গোয়ালারূপী বিহারীগী মকমদ হংলকখি, কেশ অসিগী মরমদ খত্তহৌব কয়ি কয়ি লৈবগে? বিহারীন খুমখি— মকর্দ্দমা অসিগী মরমদ খঙহৌব অচুম্ব য়ারম খর লৈরি, বিহারীগী বাঙাং তাবমক্ত আদালটকী বিচারপতি, উকিল, কেরাণীশিংগী মথুঙগী কলম তাখিব খঙহৌদে মরমদি মখোই পুম্নমক্ত মপুক্কে খরখি।

করিগুম্বা মযেক মশোল থংভখিদ্রবা অসিগুম্বা গোয়ালা অমন কোর্টকী রাজভাষাদ ফজন ঙাওথোরকপ অহু অঙকপনি। বিহারীন মথং মথং অতৈম্বু হায়রকখি, তারিখ অমুক্ত লুপা অমুক. তারিখ অমুক্তনা লুপা অমুক মচিং মচিং শিজংখিবন শেন্দোয থেল্লেপ পুন্ন লুপা অনিদ ঙাযরবনি, ইনাকখুনব শেনবুন মীনমহুন লুপা মযাম অহু লাকথংলগ লায়রব ব্রাহ্মণ মচা অসিগী পাকাগী যুম অসি নমহুন লৌনবগী চুমদব নালিস তৌরিবনি। বাহু ভাবদ বাদিগী উকিলনা হংলকখি অমুক কুইরব শেল শিংবগী তারিখশিং অসি করম্ন নিঙশিংলিবা? নঙগী থোপ অহুদ লাইব্রেরী লিংলব্রা? গোয়ালান থুমখি পুন্নমক অসি ঐদি কাওব লৈতে, ঐহাক ভদ্র ব্রাহ্মণ মচা অসগী মনাইনি, থিগো থুদিঙ ঐহাক্তন শেলশিং অসি জমা তৌহুন লাক্লবান।

মুন্সেফ অহুন বাদিগী উকিলদ হাযখি মতৌ অমুম্ন তর্ক তৌরুফম থোক্তে; অহুদগী মুন্সেফন সাক্ষীদ হংলকই— বাদিগী করম্ব খাট্টাদ করম্ব জুমিত্ত শেল শিজংখিব মহু পুন্নমক উৎপিব ঙমগদ্রা? সাক্ষীন খুমখি হোয়, মহু ঙমফম থোকই। ইনাক-খুনব নিপা অহুন মপুক্ত খঞ্জখি খাট্টাদ জমা তৌখিবগী বারম তাবমক্ত চঙক্লব পোকখি, মহাক্ল খনখি; হেও নোটতদি শেল অমত জমা তৌখিব লৈতে অহুম ওইনমক অঙকপনি সাক্ষীনদি অহুম ওইব খাট্টাদ শেল চনশিনখিবগী বা পল্লকই মসি অচুম্বমক্রি।

অহুদগী মুন্সেফ থীনব তৌদন সাক্ষীগ লোয়নন ইনাকখুনব বাদিগী মযুমদ তদন্ত চংখি।

নোং মুংশিং মরক্ত কুম্মৈ য়েংবগী মী নিফু য়াঙ্খৈবোমসু ভুং ইল্লকখি তৌইগুম্বসুং কোর্টকী হুকুম মভুং ইন্ন ভুং ইল্লকইবশিংহু লোইন তাম্লোকখি। গোয়ালারূপী বিহারী হান্নগুম্ব কম্বলন মায়খোং থুমজিনবিগ্রে, মতৌ অসুম্‌ন মথুরা ইনাকখুনবগী মযুমদ বাদি, বিবাদি, সাক্ষী মুন্সেফ পুম্‌নমক লোইন থুংখি। যুম অহুগী মপান্দ মী কমকম কা অমা লৈরম্মী; বৈঠকখানা অহুদ আলমারী অহুমথক থিল্লমই, ময়াইথংব আলমারীদ খাট্রা মত্তাথক লৈরম্মী, বিহারীন যুম্ব অহুবু মযামগী মরক্তগী অহুমশুব খাট্রা অহু পুথোকহনখি। মুন্সেফন খাট্রা অহুদ অসাই, বিহারীন থুমখিব জবানশিং অহুগ চান্নহুন য়েংবদ, হায়গ্রিব পুম্ব পুমচুম চুমমই। মুনসেফ অহুন হয় য়েংথোয়কপদদি সাক্ষী বিহারীবু মফম অহুদ অমুক হন্ন উব ফংখিদ্রে।

খোদোক অসিদ মুন্সেফ য়াম্‌ন চিংমরহুন শেল তোনব ব্রাহ্মণ মচা অহুদ হংখি—নঙ্‌গী সাক্ষী অসি কনানো, কদাইদ লৈ? ব্রাহ্মণ মচা অহুন খুম্মকই, ঐগীদি কনাসু লৈজদবনিদা ভগবান বঙ্কবিহারী বিগ্রহগী মমাঙ্‌দ ইবুঙোবু থগুহম্ন শেল অপূর্ব শিংজবনি; ইবুঙো নত্তন কনাবুসু থগুজদে।

ঙৌদোক অসিদগী মুন্সেফ জ্ঞান পুমতা তাখি, হায়বদি সাক্ষী বিহারী অসি ভগবান শ্রীবঙ্কবিহারী নত্তন গোয়ালা গুপনৎ নত্তে হায়ন চপচান মপুক্ত লেপখি। কমিনলো হায়রবদ অচম্ব মী অম ওইরম্লবদি অসুক কুইশ্রব থবকশিং অসিগী মরোল অসি নিংশিংলিব অহুগী মথক্ত ঐগী ইমাংদগী খুদক্ত মাঙখিকম থোক্তে। মতৌ অসুম মক কঙন মুম্ন থম্বরুরগ বিচারপতিন বৈশু অহুগী কেশ খারিজ্জ তৌখি, হায়বদি ককথংখি, অমস্নং মিথ্যাবা দিগীদমক বৈশু অহুবু মতিকচাব দণ্ড পীখি।

সুমিৎ খরনিগী মতুংদ মহাক মুন্সেফকী কম থাদোক্তুন সন্যাস ধর্ম্মদ চঙখিহুন সর্ব্বত্যাগি সন্যাসি অম ওইহুন গোবর্দ্ধন গিরিগী ময়াদ অহুম ওইব মাগী মমাঙদ সাক্ষ্য ওয়ন লেপ্লিরম্ব গোয়ালারূপী ভগবান শ্রীবঙ্কবিহারীগী মুর্ত্তিবু হৃদয়দ চেৎন কোক্তরগ তপস্যা তৌহুন মপুন্থি লেক্তখি।

বারী অসি মিরাট মাসিক পত্রিকা "সঙ্কীর্ত্তন" খৃষ্টাব্দ ১৯৪০ মার্চ থাগী চেকোক্তদ ফোঙখি। বারি অসি ঐন ওইনাম ৺শ্রীগোকুলচান্দ সিংহ রিটায়াড জোনষ্টোন হায়স্কুল ওঝাগী বৃন্দাবন লমজিংদগী ফংজবনি।

মতাং অসিদ শ্রীকুণ্ড নৌন শেমদোকপ, প্রসিদ্ধ বিগ্রহ অহমগী বারী কৌব অহমগুম লহমী লোইজরে।

———

মরীশুব লহরী

# আকবর শাহগী মতমদ শ্রীবৃন্দাবনগী ফিবম

খৃষ্টগী শতাব্দি ১৫গী লোইরুদাইদ শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুন শ্রীধাম নবদ্বীপ্ত অবতার তৌরকপদগী, মরাই চায়থকুন মুংলুবগুম লৈবক্কব বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসিগী মপাঙ্গল কন্নথংলক্লুন বন, জঙ্গল ওয়ন লৈরম্লব শ্রীবৃন্দাবন লুপ্ত ওয়ন লৈরম্লব তীর্থশিং ইবুঙো অমসুং ইবুঙোগী ভক্তপার্ষদশিংন ইনৌ নৌন উদ্ধার তৌবিখি। ভক্ত পার্ষদশিং অদুগী মনুংদগী মাধবেন্দ্র পুরী, অদ্বৈত প্রভু, লোকনাথ গোস্বামী, ভুগর্ভ, শ্রীরূপ, সনাতন গোস্বামী, শ্রীজীব, গোপাল ভট্ট, পরমানন্দ ভট্টাচার্য্য, মধু পণ্ডিত, বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী, রঘুনাথ দাস, শ্রীশ্যামানন্দ প্রভু অসিন অথোইবনি। গোস্বামীশিং অসিন লুপ্ত তীর্থ উদ্ধার তৌবগ লোয়নন লৈন্নুং চন্দুন লৈরম্লব বিগ্রহশিং অমুক নৌন উদ্ধার তৌবিখি। ইবুঙো মশামক্তা বৃন্দাবনদ খোঙদাবিছুন শ্রীরাধাকুণ্ড অমসুং শ্যামকুণ্ড, মক্কওইব লীলাস্থলী পুম্নমক্পু উদ্ধার তৌবিদুন অমুক ইনৌ নৌন শেম্ন নব বৃন্দাবন হায়ন ময়াম্ন খঙনরি।

অহানবদ লোকনাথ গোস্বামীন শ্রীরাধাবিনোদ মূর্ত্তি, শ্রীসনাতন গোস্বামীন শ্রীমদনমোহন, শ্রীরূপ গোস্বামীন শ্রীগোবিন্দ,

শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীন শ্রীনাথগোপাল (গিরিধারি) শ্রীপরমানন্দ ভট্টাচার্য্যন শ্রীগোপীনাথ, শ্রীজীব গোস্বামীন শ্রীরাধা দামোদর, শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামীন শ্রীরাধারমন, শ্রীশ্যামানন্দন শ্রীশ্যামসুন্দর মথং মথং পুখৌরকপগী পাও অসি ডিল্লি সম্রাট আকবর শাহগী মনাকোং য়ৌখি। বাদশাহ মশামক্না খনখি বৃন্দাবন হায়ব মফম ঙসিবু করম মফমনো করি করি লৈরিবনো হায়না অসি অমুক্তং য়েংনিংবন দিবানিশিদ খল্লুনত লৈখি।

খৃষ্টাব্দ ১৫৭০ দা বাদশাহ মশামক্না শ্রীবৃন্দাবন দর্শন তৌবা লাকখি বৃন্দাবনগী মফম খুদিঙ যমুনা পুলিন, নিধুবন, নিভৃত নিকুঞ্জবননচিংব মথং মথং পরিক্রমা তৌখি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী কৃপান য়েংলু য়েংলুব খুদিঙ বৃক্ষলতা পুম্নমক সনা, লুপা, মনিমুক্তাগী মশক ওইনা উখি, হায়বদি পাল্লিব উহে অপুন্ন মনিমুক্তান মতুম মতুম পানবগুম, শাংলি শাংলিব লৈ, উরি, উনা অপুন্ন মনি-মুক্তান পরেং পরেং শাংপগুম উখি। পুম্নমক অহুবু উক্লরগ বাদশাহ মশামক্না মপুক্লিংদ চপয়ুংনা খনখি, বৃন্দাবন হায়ব মফম অসি অশেংব ধাম, পুন্যভুমি হায়বদি লাইগী লৈবাক ওইরে হায়বসি মপুক্লিংদ চপচানা খল্লুনা বৃন্দাবনবু "ফকিরাবাদ" হায়না খোনখি "গ্রোসেস মথুরা পেজ ১২৩"। মতম অহুদদি বাদশাহগী হুকুম য়াওদনা হিন্দুগী মন্দির অমত শাব য়াবদে। আকবরনা বৃন্দাবনগী মনুংদ মরুওইব দেবালয় তরেং অমসুং অতৈ অতৈ মন্দিরসু শানব হুকুম পীরম্মী। হুকুম পীবতনতনা মশা য়াওনা

মাগী মন্দূপ দপাংশিংবু মন্দির শাহনখি। মশামক্না আগ্রা কিলা শাখিবগী অন্দের নূং অভ্রাঙব মথে পুরকুন মাগী সেনাপতি জয়পুর নিংথৌ মানসিংহনু খৃষ্টাব্দ ১৫৯০ দা শ্রীগোবিন্দ মন্দির শাহনখি। অদুগ শ্রীবৃন্দাবনগী মন্দুংদ হুকুম অমসু জারিখি:— কনাগুম্বা অমত্তন বৃন্দাবনগী মন্দুংদ জীব পাংবা হায়েপ য়ারোই, কবিগুম্বা হায়েসম্বা থোক্লবদি অচৌব দণ্ড ফঙগনি; অদুগ নত্তন বৃন্দাবনগী মন্দুংদ উ, বা অমত য়াম্থংপ য়ারোই, উশা, উনা ফাওব থদংপ য়ারোই হায়না অকনব হুকুম তৌখি। হুকুম অদু "হিন্দু রিভিউ" খৃঃ ১৯১৩গী লামায় ৩৩৯'৩৪০দা য়াওরি।

খৃষ্টাব্দ ১৫৭০ দা গুণানন্দ সর্ব্বান মদনমোহন মন্দির, বিকানীরগী নিংথৌ রায়সিংহন গোপীনাথ মন্দির খৃঃ ১৬২৭ দা চৌহান বংশগী নিংথৌ লোনকরনন যুগলকিশোর মন্দির, অদুগ নত্তন বৃন্দাবনগী মকুন্দইব অতোপ অতোপ্পা দেবালয়গী মন্দির শাহনখি। খৃঃ ১৫৭৩ দা বাদশাহ মশামক্না অমুক হন্না বৃন্দাবনদ লাকতুনা শ্রীজীব গোস্বামীগ উনবদুন অতোপ অতোপ্পা অনৌব কুণ্ড, কুঞ্জ অবিস্কার তৌনবগীদমক তাকখি।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী মতুংদ আকবর শাহন বৃন্দাবনবু য়াম্না চাওখৎনব হোৎনখি, মশামক্না শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু খুরুমজরগ "গৌড়পদতরঙ্গীনি" হায়ব "জগবন্ধু ভদ্রন" ইজব অদুদ আকবর শাহ

মশামক্‌ন ইরম্ব ব্রজবুলিদ ভনিতা ৪। ২। ২৯। পদ অসিন শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যবু খুরুমজুন ইজথি :—

জীউ জীউ মেবে মনচোড়া গোরা।
আপহি নাচত আপণ রসে ভোরা॥
খোল করতাল বাজে ঝিকি ঝিকি ঝিকিযা।
ভকট আনন্দ নাচে লিকি-লিকি লিকিয়া।
পদ দুই চারি চলু নট মট নটিয়া।
থির নাহি হোওত আনন্দে মাতুলিয়া॥

ঐছন পুহুঁকে যাহু বলিহারী শাহ আকবর তেরে প্রেম ভিকারি। "গৌড়ীয় বৈষ্ণব অভিধান ২য় খণ্ড লাম'য় ১৫৯০" খৃষ্টাব্দ ১৬০৫ দা আকবর শাহ নোক্লাখরে। আকবর শাহ হায়বব সম্রাট অসিদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুন অপ্রকট ওইপ্রব মতুংদ মপুং ফান বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসিবু শৌগংপিনব ইবুঙোন থাবিরকপ ভক্ত বৈষ্ণব অমনি হায়বদ করিসু চিংননিঙাই লৈতে।

মহাক্কী মতুংদা মগুনিপা আওরঙ্গজেবন পানব মতমদ বৃন্দাবনগী অনৌব দশা অম লাকখিরম্মী। খৃঃ ১৬৭০ দা আও-রঙ্গজেবন মহাক্কী সেনাপতি কালাপাহাড়দ ইনশিন্দুন বৃন্দাবনগী শ্রীগোবিন্দ মন্দির মতোন চুড়া আগ্রাদগী তোপন কাপথায়খি। মাঙজৌনন পাও অসি খঙলজুন জয়পুর মহারাজ জয় সিংহন থৌরাং তৌদুন মরূওইব বিগ্রহ পুরখি জয়পুর তাম পুথি।

খৃষ্টাব্দ ১৭০৭ কী ফেব্রুয়ারী তাং ২: দা আওরঙ্গজেব শিখ্রে। আওরঙ্গজেবন শিগ্রব মতুংদ মাঙখিব স্থানান্তর তৌখিব বিগ্রহশিং ইনৌ নৌন প্রতিষ্ঠা তৌখি। খৃষ্টাব্দ ১৮১৯ দা চৌবিশ পরগণাগী জমিন্দার নন্দকুমার বসুগী মতেংন কায়খিব মন্দিরশিং অমুক হন্ন ইনৌ নৌন শেমজিনখি। অতুদগী গুসি কাওবদ খর চাওখংলকুন বৃন্দাবনগী য়ুমথোং খুদিঙ মন্দির অমসুং বিগ্রহন থম্ন লৈখরে। তৌইগুমসুং লাইবক থীব অমন মীগী মীশিং হেনগংলকপদগী ফত্তহৌদি অমাং অশোয় যমুনাদ থাদবদগী যমুনাজীন হান্নগী মকমদগী লাপ্ন চখোকখ্রে।



## অতোপ অতোপ্প বৃন্দাবন মনুংগী দর্শন তৌকম মন্দিরশিং

(১) শ্রীরাধাবল্লভ মন্দির (২) যুগলকিশোর মন্দির (৩) বংশীবট (৪) হাড়াবাটী কুঞ্জ (৫) রাধাযুগল মূর্ত্তি মন্দির (৬) গোপেশ্বর মহাদেব (৭) কদম্বচিন্ত্যকুঞ্জ রাসমাধব লৈ (৮) সুখদকুঞ্জ শ্রীবঙ্কবিহারী মন্দির (৯) শ্রীত্রিপুরারাজকুঞ্জ শ্রীরাধারাস বিহারী মন্দির (১০) টিকারী রাণী মন্দির শ্রীরাধাকৃষ্ণ শ্রীরাধাগোপাল শ্রীলাড়ুগোপাল (১১) স্বর্ণময়ী রাণী মন্দির যমুনা পুলিন, শ্রীশ্যামসুন্দর শ্রীগোপীনাথ বিগ্রহ লৈ। (১২) জ্ঞানগুদরী যমুনা পুলিনদু কৌই (১৩) শ্রীরাধাবাগ মন্দির (১৪) ব্রহ্মাচারী মন্দির শ্রীহংস গোপাল শ্রীরাধাগোপাল শ্রীনৃত্য গোপাল বিগ্রহ লৈ। (১৫) লালবাপু মন্দির শ্রীকৃষ্ণরাধারাণী ললিতা সখী লৈ (১৬) শেঠজী মন্দির অসিদ বিগ্রহ য়াম্ন লৈ ময়ামগী মরক্তগী শ্রীরঙ্গনাথন অথোইবনি। (১৭) চৌষট্টি মহন্ত সমাধি মন্দির শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী ভক্ত পার্ষদ ৬৪গী সমাধি মন্দির লৈ। (১৮) সাহাজপুরগী মন্দির শ্রীরাধাগোবিন্দ বিগ্রহ লৈ। (১৯) বর্দ্ধমান কুঞ্জ, বর্দ্ধমান মহারাজ কীর্ত্তিচাঁন্দ বাহাদুরগী রাণী রাজ রাজেশ্বরীন শাবম্ন মন্দিরনি। (২০) নওয়া মন শালগ্রাম মন্দির শ্রীনারায়ণ বিগ্রহ লৈ, রাম, লক্ষ্মণ সীতাগী মূর্ত্তি লৈ। (২১) অষ্টসখী মন্দির শ্রীরাধারাসবিহারী যুগল মূর্ত্তি নাকয়েন্তা সখী মরি মরি লৈ (২২) কালীঘাট

মন্দির অসিদ মুগুক মুবা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি লৈ। (২৩) দান-গলি শ্রীরাধাবল্লভ মন্দিরদগী সেবাকুঞ্জ চৎনব লম্বীদ গলি মরি চিল্লোকনরিব অহু মথংশিংন দানগলি, মানগলি, কুঞ্জগলি, যমুনাগলি অসিনি। (২৪) সেবা কুঞ্জ চিত্রপট তা শ্রীকৃষ্ণন ইবেম্মগী সেবা তৌরি। (২৫) নিকুঞ্জবন অসিগী ভমাপ পাম্বীগী মখাদ শালগ্রাম অম লৈ, জীব পানব অমত অহিং লৈব রাদে। (২৬) পৌর্ণমাসী মন্দির অসিদ যোগমায়াগী মূর্ত্তি লৈ। (২৭) ভেন্তুঁল ভদা গৌরনিত্যাই বিগ্রহ লৈ। অসিদ ইবুঙোগী চরণ চিহ্ন লৈ। (২৮) শৃঙ্গারবট শ্রীমত্তি ইবেম্মগী শৃঙ্গার তৌকমনি। (২৯) রাস মণ্ডল অসিগী মনাক্ত শ্রীরূপ, সনাতননা বৃন্দাদেবী মূর্ত্তি স্থাপন তৌরম্মী। (৩০) সাহাজী মন্দির শ্রীরাধারমন বিগ্রহ লৈ। (৩১) নিধুবন শ্রীকৃষ্ণগী বিহার তৌকমনি মন্দির অসিদ শ্রীরাধাকৃষ্ণ যুগল বিগ্রহ লৈ। মসিগী বিশাখা কুণ্ডদগী হরিদাস স্বামীন শ্রীবঙ্কবিহারী ফংখি। (৩২) চীরঘাট ব্রজগোপী শিংগী বস্ত্রহরণ ঘাটনি। (৩৩) শ্রীকৃষ্ণকালী মণ্ডির (৩৪) ষড়ভুজ মহাপ্রভু গোপাল ভট্ট গোস্বামীন নিরূপণ তৌরম্বনি। (৩৫) যুবরাজ কুঞ্জ শ্রীসুর চন্দ্র মহারাজন যুবরাজ ওইরিঙৈদ লিখৎ-লম্বদগী যুবরাজ কুঞ্জ কৌখি অসিদ শ্রীরাধাকৃষ্ণ যুগল মূর্ত্তি লৈ। (৩৬) শ্রীগোপালজী কুঞ্জ শ্রীচুরাচান্দ মহারাজন লিংখৎলম্বনি মসি কেশীঘাটত লৈ। (৩৭) জয়পুর মহারাজ মন্দির অসিদ বিগ্রহ অহম লৈ। (৩৮) জামাই ঠাকুর ভরাসকী জমিদার রাজর্ষি রায়

বনমালী দাসন প্রতিষ্ঠা তৌরম্বনি। মন্দির অসিদ শ্রীরাধাবিনোদ মূর্ত্তি লৈ, মখোইগী মচাম্নুপী অমন শ্রীরাধাবিনোদকী মকখদ অণুরক্ত ভক্তিন সেবা চংখি মরম অহুদগী জামাই ঠাকুর কৌখি।

(৩৯) ভজনাশ্রম বৃন্দাবনগী মনুংদ ত্যাগি সন্যাসিশিংন নিতিগী ওয়ন পুং ৬। ৬ আশ্রম অসিদ ফমহুন হরিনাম কীর্ত্তণ তৌজরবদি অমুক মুংদাংগী চানব প্রসাদ পীবি।

মথক্ত হায়রিব মণ্ডির অসিদ নতন কালবাবু কুঞ্জ ধীরসমির, আচার্য্য প্রভু, ব্রহ্ম কুণ্ড শ্রীজীকুণ্ড, শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংস আশ্রম পুরাতন সীতানাথ, নূতন সীতানাথ অদ্বৈত বট, ভাতরোল, গরুর গোবিন্দনচিংব দর্শন ভৌকমম্নু লৈরি। যাত্রীশিংন মথক্তী মন্দিরশিং অসি পরিক্রমা লোয়রগ শ্রীবৃন্দাদেবী পূজা তৌবিগদবনি। বৃন্দাদেবী অসি বৃন্দাবনগী অধিষ্টাতৃ দেবীনি। যাত্রীশিংন মান মান ওবজব ফল,মুল খর খর হাপলগ পূজা তৌজগদবনি। বৃন্দাবনগী মনুংদ নপ,, তিন, অমাং অশোয় তৌপ্রিব অপুম্ব কোকচপদবনি ভক্তিগ লোযনন শ্রীবৃন্দাদেবীবু পুজা তৌবসি কাওবিয়োইদবনি নত্রবদি পরিক্রমাগী দোষ য়ার লৈ।

তথাহি বরাহ পুরাণেঃ—বৃন্দাবনং দ্বাদশাম, বৃন্দায়াঃ পরিরক্ষিতম্।
মমচৈব প্রিয়ং ভুমেঃ সর্ব্বপাতক নাশনম্।



## . বৃন্দাবনগী দ্বাদশবন

(১) মধুবন (২) তালবন (৩) কুমুদ বন (৪) বহুলাবন
(৫) কাম্যবন (৬) খদিরবন (৭) ভদ্রবন (৮) ভাণ্ডিরবন
(৯) বেলবন (১০) লৌহবন (১১) মহাবন (১২) বৃন্দাবন

## দ্বাদশ উপবন

(১) অটলবন বৃন্দাবনগী খাথংবদ লৈ। মণ শেনব মতমদ ভাতরোলদ চাক চারগ অসিদ মুংঙাইন পোথাহুন লৈ হায়বগী অটলবন কৌই।

(১) কোবারিবন অটলবনগী কৌক্র পাংবদ লৈ। মফম অসিদ দাবানল কুণ্ড লৈ।

(৩) বিহারবন কোবারিবনগী মোইরাংলাইজিদ লৈ। মফম অসিদ রাধাকুপ লৈ।

(৪) গোচারণবন বিহারবনগী নোংচুপ্ত লৈ! মফম অসিগী যমুনা মপান্দ বলাহদেবগী মূর্ত্তি লৈ। গৌতম মুনিগী আশ্রম লৈ।

(৫) কালিদমন বন গোচারণবন অবাংদ লৈ। ইবুঙোন কালী নাগপু দমন তৌখিব মফমনি।

(৬) গোপালবন কালীদহগী অবাংদ লৈ। মফম অসিদ গোপাল ঘাট লৈ।

(৭) নিকুঞ্জবন সেবাকুঞ্জ। শ্রীরাধাকৃষ্ণ লীলাস্থলীনি। মসিদ ললিতা কুণ্ড লৈ।

(৮) নিধুবন নিকুঞ্জবনগী অরাংদ লৈ, মসিদ বিশাখা কুণ্ড লৈ।

(৯) শ্রীরাধাবাগ বৃন্দাবনগী অরাংদ যমুনা মপান্দ লৈ।

(১০) গহ্বরবন ঝুলনবনগী খা থংবদ লৈ। মসিদ পাণিঘাট লৈ।

(১১) ঝুলনবন রাধাবাগকী খা থংবদ লৈ।

(১২) পাপরবন গহ্বরবনগী খা থংবদ লৈ। মফম অসিদ আদি বদরী ঘাট লৈ। মফম অসিদ ব্রজগোপীশিংবু বদরী নারায়ণ দর্শন পীবিখিব মফমনি।

## বৃন্দাবনগী অথোইব ঘাটশিং

(১) বিশ্রাম ঘাট :— যমুনা মপান্দ মফম অসিদ শ্রীকৃষ্ণন কংস হাংলগ পোথাখিব মফমনি।

(২) স্বামী ঘাট :— যমুনা মপান্দ, মফম অসিদ বাসুদেব দেবকীন য়োহ্নিং থাদোক্লগ যমুনা স্নান তৌরগ পোথাখিব মফমনি।

(৩) বরাহ ঘাট :— বৃন্দাবনগী খা নোংচুপ্ত লৈ। মফম অসিদ যমুনা মপান্দ আদি বরাহ মুর্ত্তি লৈ। গৌতম মুনিগী আশ্রম লৈ।

(৪) কালীদমন ঘাট :— শ্রীকৃষ্ণন কালী নাগপু দমন ভৌখিব মফমনি।

(৫) গোপালঘাট :— কালীঘাটকী অরাংদ লৈ। মফম অসিদ যমুনা মপান্দ নন্দ যশোদাগী ফমফম লৈ।

(৬) সূর্য্যঘাট :— গোপালঘাটকী অরাংদ লৈ মফম অসিদ মদন মোহনগী অরীব মন্দির লৈ। দ্বাদশ আদিত্য ঘাটন্থ কৌই।

(৭) যুগলঘাট :— সূর্য্যঘাটকী অবাংদ লৈ মফম অসিদ যুগল বিহারীগী অবীব মন্দির লৈ।

(৮) অম্বারঘাট :— যুগলঘাটকী অরাংদ লৈ। মফম অসিদ যণ শেনব মতমদ কেকু লোংপি শান্নখিব মফমনি।

(৯) বিহারঘাট : যুগলঘাটকী অরাংদ লৈ। মফম অসিদ যুগল বিহারী মন্দির লৈ।

(১০) আমলীঘাট :— অম্বারঘাটকী অরাংদ লৈ। মফম অসিদ শ্রীকৃষ্ণকালীগী অরীব মন্দির লৈ।

(১১) গোবিন্দ ঘাট :— শৃঙ্গারবটকী অরাংদ লৈ। রাসমণ্ডলদগী মাঙখিব কৃষ্ণ গোপীশিংন মফম অসিদ ফংখি।

(১২) শৃঙ্গারঘাট :— শৃঙ্গারবটকী অরাংদ লৈ। শ্রীনিত্যানন্দগী বিহার তৌফমনি।

(১৩) চীরঘাট :— গোবিন্দ ঘাটকী মনাক্ত লৈ। গোপীশিংগী বস্ত্রহরণ তৌখিব মফমনি। শ্রীকৃষ্ণন কেশী দৈত্যবু হাৎলগ মফম অসিদ পোথাখিব মফম্নি, চেইনঘাটসু কৌই।

(১৪) ভ্রমরঘাট :— চীরঘাটকী অরাংদ লৈ। মফম অসিদ খোইমুশিংন শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অঙ্গগন্ধ ফঙহন কোয়পাই পাইহুন লৈ হায়বগী ভ্রমর ঘাট কৌই।

(১৫) কেশীঘাট :— শ্রীকৃষ্ণন কেশী হিংচাববু হাৎখিব মফম্নি।

(১৬) ধীর সমীর :— বৃন্দাবনগী অরাংদ লৈ, মফম অসিদ শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী সেবাগীদমক মনম মুংশিব, তপ্নি তপ্নিব মুংশিংন তপ্ন তপ্ন শিংত্থুম লৈ হায়বগীদমক ধীর সমির কৌই।

(১৭) পাণিঘাট :— বৃন্দাবনগী নোংপোক্ত লৈ। মফম অসিদ ব্রজগোপীশিংন শ্রীকৃষ্ণগী পাংতোক মতুং ইন্ন কার্তিকী পুর্ণিমা নুমিত্ত রাস শান্নরগ রাস সান্নগীদমক নোংজাল্লগ যমুনা বাংমদ লৈরিব দুর্ব্বাসা মুনিগী মফমদ অথুম অহাও পীজবগীদমক যমুনা লান্দুন চৎখিব মফম্নি। (গোপাল তাপনী শ্রুতী উত্তর লহরী)

(১৮) শ্রীবাধাবাগ :— বৃন্দাবনগী চিংথৈদ যমুনা মপান্দ লৈ।

(১৯) আদিবদরী ঘাট:— বৃন্দাবনগী খা থংবদ লৈ। মফম অসিদ ইমুঙোন ব্রজগোপীশিংবু বদরী নারায়ণ দর্শন পীবিখিব মফমনি।

(২০) রাজঘাট :— বৃন্দাবনগী খা নোংচুপ্ত লৈ। যমুনা মপান্দ শ্রীকৃষ্ণন হি হোনব শায়গ ইবেম্মবু যমুনা লানবিখিব মফমনি।

(২১) ব্রহ্মাণ্ড ঘাট :— মফম অসিদ যশোদান শ্রীকৃষ্ণগী মরা মমুংদ জগং ব্রহ্মাণ্ড উখিবদগী ব্রহ্মাণ্ড ঘাট কৌখি।



## বৃন্দাবনগী অথোইব
## কুণ্ডশিং

(১) দাবানল কুণ্ড — কেশীঘাটকী মরক্তা বনদ লৈ।

(২) ললিতা কুণ্ড — নিকুঞ্জবনগী মোইরাং লাইথিল্লদ লৈ।

(৩) বিশাখা কুণ্ড — নিধুবনদ লৈ।

(৪) ব্রহ্মকুণ্ড :— শ্রীগোবিন্দ মন্দিরগী কোক্ত্র পাংবদ লৈ।

(৫) গজরাজ কুণ্ড — শ্রীরঙ্গনাথ মন্দিরদ লৈ।

(৬) গোবিন্দ কুণ্ড — বৃন্দাবনগী খা নোংপোক গোবর্দ্ধন গিরিগী মথক্তা লৈ। মসিগী খা থংবদ শ্রীনাথ মন্দির লৈ। মসিগী মাপাংন গি ইথংবি গোপাল অভিষেক তৌখি। মাধবেন্দ্র পুরীগী মঙমদ গোপালদেবন স্বয়ং দর্শন পীবিখিব মফমনি।

(৭) কিশোরী কুণ্ড :— নন্দগ্রামগী চিংথৈ পাংবদ লৈ। মফম অসিদগী শ্রীলোকনাথ গোস্বামীন শ্রীরাধা বিনোদ মূর্ত্তি ফংখিব মফমনি।

(৮) পিয়লকুণ্ড :— যাবটকী কোক্ত্র পাংবদ পারলগঙ্গাগী মপান্দ লৈ। কুণ্ড অসিগী নোংচুপথংব মপান্দ অরীব পাবীজাং পাম্বী হৌরি হাযনৈ মসি ইবেম্মগী মথুংমক্তু থাখিবনি মসিদগী পারিজাং হেরূপ পরেং লেংলগ ইবুঙোদ কৎখি।

অম লৈ। ব্রজগোপীশিংন লৈ হেক-লুরগ কুণ্ড অসিদ চামথোক্লগ পরেং লেংহুন ইবেম্মগী মযমদ শিন্নফমনি। কুণ্ড অসিগী থা। থংব মপান্দ শিব পুষ্করিণী ( শিব খোঙি ) কৌব পুখ্রি মচা অমা লৈ। পুখ্রি অসিগী মঙুন্দদি শিব পার্ব্বতিমক্লসু শিঙথাব ছমদে। মসিগী মঙুন্দদি নোংম ওলাংথাদ লম-ছুই অমোম অমন লৈশিং থকপ লাকখি, ব্রজবাসী মচাশিংন কোয়শিল্লগ পঙ-ফুদ ফুবিরম্মী, লমছুই অহুন জীব হিংনবগীদমক মনাক্ল লৈব লোংশোং অমদ চঙশিল্লগ লোত্তুন লৈখি। থুদক অহুদ উত্তেক, উরাং খোমাজল্লগ মোং-শোং অহু মৈ চুহুন তুম্ন চাকখিরমী, লম-ছুই অহু মৈন চাক্লুন মথং,ই থাখবম্মী মফম অহুদ মথবাই থাখিবদগী লমক্ষুই অহু ইবেম্মগী সথীত্ব ফংজখি। কনাগুম্বন ইবেম্মগী মনাই ভক্ত ওইবীহুন শ্রীকুণ্ড মপান্দ প্রাণ থাজন্নগ অাসগুম্ব পুখ্রি অসিগী মপান্দ। দাহ তৌজব ঙমজ্জববদি মী মহাক অহু লেপ্নমক ইবেম্মগী সথীত্ব ফংজব ঙমগনি।

( শ্রীরাধাকুণ্ড মহাত্ম্য দ্বিতীয় সোপান )

———

## অথোইব বটশিং

(১) অতৈ বট :— মফম অসিগী যমুনা মপান্দ বট মথোঙদ অদ্বৈত প্রভুন ভজন তৌহুন ইবুঙোবু আরাধন তৌজখি, অহুদ ইবুঙোন পেনহিহুন শ্রীমদন মোহন স্বয়ং ওইন প্রকাশ তৌবিহুন মনাই অদ্বৈতগী মফমদ দর্শন পীবিখি। মফম অহুদগী অদ্বৈত প্রভুন শ্রীমদনমোহন বিগ্রহ কংখিব মফমনি। উ অহুবু উজবদ পাপ অপুম্ব কোকচৈ। হৌজিক্তি উ অহু যমুনাগী গর্ভদ চঙ্খ্রে। কনাগুম্বন উ অহুগী মশা অম থিজ্বুংহুন লৈরি হায়নৈ।

(২) বংশীবট্ :— যমুনা মপান্দ লৈ মফম অসিদ ইবুঙোন বংশী খোংহুন সঙ্কেট তৌফমনি।

(৩) শৃঙ্গারবট:— শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রন ইবেম্মগী ফীজেং লৈভেংবীব মফমনি। মফম অসিদ শ্রীমদনিত্যানন্দ প্রভু লৈরম্মী।



## পবিক্রমা খণ্ড

## পঞ্চক্রোশ পরিক্রমা

অহানবদ কেশীঘাট মথংদ ধীর সমির, বংশীবট, গোপেশ্বর মহাদেব, যমুনা পুলিন, গহ্বরবন, বিশ্রামঘাট, রাজঘাট, ব্রহ্মহ্রদ, ভজনটীলা, অক্রুর ঘাট, দাবানল কুণ্ড, বরাহ তীর্থ, কালীহ্রদ, দ্বাদশ আদিত্যঘাট ( সূর্য্যঘাট ) অদ্বৈতবট, যমুনা ঘাট, বিহার ঘাট, ইমলিতলাস্থান, শৃঙ্গারবট' চীরঘাট, ভ্রমর ঘাট, অদুদগী কেশীঘাটতা হল্লিগ পঞ্চক্রোশ পরিক্রমা মপুং ফারে ; লৈ, চেং, থোইদিং, ধুপ, দিপ, ফল, মূল খর কংচরগ যমুনা পূজা তৌবিগদবনি।

## চৌরাষি ক্রোশ পরিক্রমা

খৃষ্টাব্দ ১৫১৪ কার্ত্তিকী পূর্ণিমা নুমিত্ত শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুন শ্রীবৃন্দাবনদ থোঙ্গাখিহ্দ তীর্থ লীলাস্থলী পুম্নমকপু উদ্ধার তৌবিরমগে হায়ন বৃন্দাবনগী মনুংদ বন তরানিথোই উপবন তরানিথোই বল্লভদ্র অমসুং কৃষ্ণদাস রাজপুতকা লোয়নন কৃষ্ণ থিবিবনি হায়ন হাঃ কৃষ্ণ, হাঃ কৃষ্ণ হায়ন মধুবন, তালবন, কুমুদবন, বহুলাবন, মহাবন, কাম্যবন, খদিরবন, ভদ্রবন, ভাণ্ডিরবন, বেলবন, লোহবন, বৃন্দাবন অসি কৃষ্ণ থিবিবনি হায়ন কোয়ন কোয়ন চংপিরমদুন, মতম কুইন লুপ্ত ওইদুন

মণ্ডপ কম্নিমত লৈরমম্রব তীর্থ, লীলাস্থলী পুম্নমকপু ইবুঙোগী রেখা কুম্ন্নানিথোইন লৈতেংবিরব ত্রিচবগনা নেংশিরগ মণ্ডপ লৈরমম্রব তীর্থ অমসুং লীলাস্থলী খুদিংমকপু ইনৌ নৌন মণ্ডপ হাপ্লিরগ বন পরিক্রমা কবম্ন চংকদগে হায়বত্নু ভাকশিরম্নী।

ইবুঙোগী তুংদ ইবুঙোন মনাই সনাতন গোস্বামীদ ভাকশিরম্ন মতুংইন্ন ইহান হানবদ ভাদ্র কৃষ্ণাদ্বাদশী মুমিত্তগী হৌহ্নন মুমিৎ তরামঙানি চুপ্প বন পরিক্রমাসি চৎপ হৌথি। পরিক্রমা অসিবু ভাদ্র পরিক্রমা নত্রগ চৌরাশিক্রোশ পরিক্রমা কৌহ্নন যাত্রীশিংন হৌজিক চৎনরিব অসিনি মথাদ পরিক্রমাগী অকুপ্প মরোল পীজরি।

বন পরিক্রমা চৎপ অসিদি চুম্ন বন য়েংবগী চৎপ নত্তে, পরিক্রমা অসিদ শ্রীকৃষ্ণগী বাল্যলিলা অমসুং রহস্য লীলা পুম্নমকপু নিঙশিংজরগ মিংন থিংন দর্শন তৌজবগী ভাবত্তা মানসিকন পুশিল্লগ পুক্লিং হকচাং, বাথল অমত ওইন ভক্তি মার্গদ পরিক্রমাসি তৌবিগদবনি।

ভাদ্র কৃষ্ণা দ্বাদশী মুমিৎকী নুংদাংবাইরমদ যাত্রা তৌরগ ভুতেশ্বর মহাদেবগী মন্দিরদ অহিং পোথাহ্নন লৈরগ নোংঙাল্লগ যমুনা স্নান তৌজরগ পরিক্রমা হৌগদবনি।

অহানব মুমিত্ত মধুবন, তালবন, কুমুদবন কোয়রগ মধুবনদ অহিং পোথাব।

অনিশুব মুমিত্ত মধুবনদগী শান্তনুকুণ্ড বহুলাবন কোয়রগ বহুলাবনদ অহিং পোথাব।

ছয়িশুব মুমিত্ত বহুলাবনদগী শ্রীরাধাকুণ্ড শ্রীশ্যামকুণ্ড পরি-ক্রমা শ্রীকুণ্ড অকোয়বগী পরিক্রমা মহ্লার কুণ্ড, গোপ'লক্ষ্মী কুঞ্জ সুরজঘাট, চেইনঘাট, মাল্লাহুবা ঘাট, গোপীনাথ মন্দির, রঘুনাথ দাস সমাধি মন্দির, শ্রীরাধারমণ মন্দির, পুড়ানা গোবিন্দ মন্দির, ললিতাকুণ্ড, সঙ্কেট বিহারী মন্দির, বড়কুঞ্জ, শ্রীরাধাবিনোদ মন্দির, গয়াঘাট, পঞ্চপাণ্ডব ঘাট, গোপগুহা, অষ্ট সখী মন্দির, সিতানাথ মন্দির, বরখণ্ডি মহাদেব, তমাল-তলা মহাপ্রভু মন্দির, ভ্রময়ঘাট, মদনমোহন মন্দির, গোবিন্দ ঘাট, সঙ্গম ঘাট, কৃষ্ণকুঞ্জ, রত্নবেদী; গিরি গোবর্দ্ধন; কুঞ্জেশ্বর মহাদেব ; শ্রীরাধাকৃষ্ণ যুগল মন্দির পূয়বক অসি পরিক্রমা তৌবিরগ রাধাকুণ্ডদ অহিং পোথাব ।

মরিনিশুব মুমিত্ত শ্রীরাধাকুণ্ডদগী গোবর্দ্ধন পরিক্রমা; পরিক্রমা অসিদ ইবুঙো'গী বাল্যলীলা গোবর্দ্ধন ধারণ নিংশিং-বিবগ লোয়নন শ্রীরাধাকৃষ্ণ যুগল মুর্ত্তি পরিক্রমাগী ভাবত চৎপিবা ; অহানবদ কুশুম সরোবর ; নারদ কুণ্ড ; গোবিন্দ কুণ্ড ; দাওজি, অপসরা অপসরি ; গিরিবাজ কুণ্ড ; গিরিরাজ মুখারবৃন্দ, মানসি গঙ্গা ; দানঘাট অসিনচিংব পরিক্রমা তৌবি-রগা গোবর্দ্ধনদ পোথাব ।

মঙানিশুব মুমিত্ত গোবর্দ্ধনদগী দিগ ; লাঠাবনদ অহিং পোথাব ।

তরুকনিশুব নুমিত্ত লাঠাবনদগী আদিবদরী, কাম্যবনদ অহিং পোখাব।

তরেৎনিশুব নুমিত্ত কাম্যবন পরিক্রমা চৎলগ অহিং পোখাবা।

নিপালনিশুব নুমিত্ত কাম্যবনদগী বর্ষান পরিক্রমা অহিং পোখাব।

মাপলনিশুব নুমিত্ত বর্ষানদগী, নন্দগ্রাম খদিরবন, যাবটত্ত অহিং পোখাব।

তরানিশুব নুমিৎত যাবটতগী চরণ পাহাড়ী শেষ শায়ীদ অহিং পোখাব।

তরামাথোইনিশুব নুমিত্ত শেষশায়ীদগী সেরগর, খেলন-বনদ অহিং পোখাব।

তরানিথোইনিশুব নুমিত্ত খেলনবনদগী রামঘাট, চীরঘাট, নন্দঘাটতা, অহিং পোখাব।

তরাহুমদোইনিশুব নুমিত্ত নন্দঘাটতগী ভদ্রবন, ভাণ্ডিরবন, বেলবন, মানসরোবার, পাঁনিগাওদ অহিং পোখাব।

তরামরিনিশুব নুমিত্ত পাঁণিগাওদগী লোহবন, আনন্দিবন্দি দেবী রাভেল, রাভেল অসি লোহবনগী মথাথংবদ লৈ, যমুনা মপান্দ ইবেম্ম রাধারাণীগী জন্মস্থাননি, মকম অহুদ ইবেম্মবু নিংশিংজহুন থুরুমজগনি অহুদগী দাওজীদা অহিং পোখাব।

তরামঙানিগুব সুমিংত দাওজিদগী মহাবন, গোকুল, কোলগ্রাম, কোলগ্রাম অসি যমুনাগী শোংগী বাংমদ গোকুল অসোমগী বাংমদ মথুরা লৈ। কোলগ্রাম অসিদ যাত্রীশিংন বাসল্য ভাবত শ্রীকৃষ্ণবু পুজা তৌজগদবনি। কংশ কারাগারদগী শ্রীকৃষ্ণবু বসুদেবন পুরগ যমুনা লানখিব মফমনি কৃষ্ণবু তম্পাক্ত কোন্দুন পুখি হায়বদগী কোলগ্রাম কৌখি। অদুগী মতুংদ ভুতেশ্বর মহাদেবগীদ অমুক হঙিল্লগ ভুতেশ্বরবু খুরুমজরগ লম্বিব অক্রুর ঘাট, ভাতরোল মহাদেব, পাতাল দেবীনচিংব দর্শণ তৌরগ যাত্রীশিংন মাগী মাগী যুম থুংকমদ হনবিগনি। মতাং অসিদ চৌরাষি ক্রোশ পরিক্রমা মপুং ফাবে।

মতাং অসিদ শ্রীকুণ্ড শেমদোকপ প্রসিদ্ধ বিগ্রহ অহমগী বারি আকবর শাহগী মতমদ শ্রীবৃন্দাবনগী ফীবম, লীলাস্থলী ময়াম পরিক্রমা খণ্ড হায়ব মরিগুব লহরী লোইজরে।

বৃন্দাবন মহাত্ম্য সম্পূর্ণ

## পরিশিষ্টাংশ

# শ্রীশ্রীবৃন্দাবন মহাত্ম্য

তথাহি ভক্তমালগ্রন্থে :—

কৃষ্ণের দ্বিতীয় কলেবর গোবর্দ্ধন্ ।
গোবর্দ্ধন দর্শনে শ্রীকৃষ্ণদরশন ।
গোবর্দ্ধন শিলা পূজা শ্রীকৃষ্ণেরপূজন ।
গোবর্দ্ধন শিলারূপে ব্রজেন্দ্রনন্দনঃ ।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুন মনাই রঘুনাথদাস গোস্বামীগী মফমদ গোবর্দ্ধন শিলা অমগ গুঞ্জামালা পরেং অমগ পীবিরগ মখাগী অসুম তাকপিখি ।

গোবর্দ্ধন হায়ব গিরি অসিদি শ্রীকৃষ্ণগী অনিশুব দেহেনি ।
গোবর্দ্ধনবু উজবদ শ্রীকৃষ্ণদর্শন তৌবগ মান্নে ।
গোবর্দ্ধন পূজা তৌজবন শ্রীকৃষ্ণ পূজা তৌজবনি ।

ব্রজরাজ নন্দন শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনদ গোবর্দ্ধন শিলা ওয়ন প্রকট ওইবিরি, মরম অদুন রঘুনাথ নগুন একান্তিক ওয়ন সাত্ত্বিক ভক্তিতন গোবর্দ্ধন শিলা অসিবু পূজা তৌজরবদি ব্রজেন্দ্র নন্দন শ্রীকৃষ্ণ ফংজব ঙমগনি ।

শ্রীশ্রীচৈতন্য চরিতামৃত অন্ত্যখণ্ড রঘুনাথ শিক্ষা ।

## শ্রীশ্রীরাধাকুণ্ড মহাত্ম্য

তথাহি রাধাকুণ্ড মহাত্ম্যে :—

যোগেশ্বরোহি বিশ্বাত্মা বিহরণ রাধয়া সহ।
নিত্যং সংরমতে চাত্রপ্রীত্যাগোপেন্দ্রনন্দনঃ।
নিত্যং প্রিয়স্তু বৈকুণ্ঠং বৃন্দারণ্যং ততোহধিকং।
তস্মাৎ প্রিয়তমঞ্চেতৎ শ্রীকৃষ্ণস্য সতাং গতেঃ।

তাইবংপানবগী মপু যোগেশ্বব গোপেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণনা থোইদোক্ক হেন্ন পামজহ্নন মতম লৈব খিবিক্ত শ্রীরাধাগ লোয়নন শ্রীকুণ্ড অসিদ বিহার তৌহ্নন লৈ। বৈকুণ্ঠ হায়বহ্ন ইবুঙোগী অথোইব পামজব মকমনি। অহ্নদগীসু শ্রীবৃন্দাবনন হেন্ন পামজৈ বৃন্দাবনদগীসু শ্রীরাধাকুণ্ড অসিন খ্বাইদগী হেন্ন পামজহ্নন নিতিগী শ্রীকুণ্ড অসিগী মপান্দ ইবেম্মগ লোয়নন তম্ভন শান্নরি।

ব্রজগোপীশিংন অসিগুম্ব ইবুঙোন পামজপ্রব কুণ্ড অসিগী মপান্দ মাগী মাগী কুঞ্জ শেমজহ্নন ইবুঙো ইবেম্ম অনিমক্কী নিতি রহস্য লীলা য়াওজরি।

কলিগী প্রথম সন্ধ্যাদ শকাব্দ ১৪০৭ ফাল্গুনি পূর্ণিমা নুমিত্ত শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুন কলিগী জীব খিবিকপু ভক্তি, প্রেম তম্বিনবগীদমক শ্রীধাম নবদ্বীপ্ত নরজন্ম ওইন অবতার তৌখিরগ ভক্ত বৈষ্ণশিংবু শ্রীবৃন্দাবন দর্শন অমসুং পরিক্রমা তম্বিখি।

শ্রীবৃন্দাবনদ লাকপিরগ কান্তা লিলা বিহার তৌযম শ্রীরাধাকুণ্ড শ্রীশ্যামকুণ্ড অনিমক্তু পুখৌকপিহুন ময়ামগী মকমদ ডাকপিরম্মী।

ইবুঙো য়াথং পীবিহুন শ্রীরূপ, সনাতন, রঘুনাথভট্ট শ্রীজীব, গোপালভট্ট, রঘুনাথদাস গোস্বামী তরুক অসিবু শ্রীকুণ্ড মপান্দ ভজন তৌহুন লৈহনবিখি। মফম অসিদ লৈরগ ইবুঙো ইবেম্ম অনিগী নিতি রহস্য লীলা ইশৈনচিংব, ভক্তিগ্রন্থ ময়ামপ্রকাশ তৌনবগীদমক শ্রীকুণ্ড মপান্দ লৈহনখিবনি।

শ্রীকুণ্ড মপান্দ রঘুনাথদাস গোস্বামীগী লৈকম হৌজিক ফাওব লৈরি। দাস গোস্বামীন কুণ্ড অনিমক অবিস্কার তৌরব মতুংদ শ্রীকুণ্ড মপান্দ "গোপকুপ" হায়ব গুহা অম তৌহনখি গুহা অসি তৌব মতমদ গিরিরাজগী মরৈ মতোন শোকখি অমসুং গিরিরাজ মশাবকন্থ প্রকট ওইরকখি, অদুদগী তৌবা লেপহনখি। গুহা অসিগী জলদি অসুমকি মতিক লুই, শেংই, লাইথুং লায়না পুম্ব কোকপিব ঙম্মি। অদুগুম্ব গিরিরাজগী মরৈ অদু হৌজিক দাস গোস্বামীগী সমাধি মন্দিরগী মনাক্ত লৈরি। শ্রীদাস গোস্বামীন শ্রীকুণ্ড মপান্দ ব্রজলীলা স্মরণ তৌন তৌন লৈজহুন শ্রীমতি ইবেম্মগী চরন কংজরগ অপ্রকটওইখি।

শ্রীশ্যামকুণ্ডগী অরাংথংব মপান্দ সঙ্গমস্থল ময়াদ শ্রীহরিদাস স্বামীন ভজন তৌকম লৈরি, অসিগী মনাক তমাল পাম্বী অম

হৌরিব অহুগী মথাদ শ্রীরাধাকৃষ্ণ চরনচিহ্ন লৈ। মকম অসিদ মধ্যাহ্ন লীলা শারকম রাসমণ্ডল লৈরি। রাস মণ্ডল অসিগী মমাং রাধাকুণ্ডগী অরাংথংব মপান্দ শ্রীমদ নিত্যানন্দ অবতাব জাহ্নবা দেবীন শ্রীরাধাকৃষ্ণ রাসলীলা দর্শন ফঙঙখিহনা ইবে মগী সখীত্ব ফংখিব মকম অহু মাজাহ্নবা ঘাট হায়ন খঙনরি।

বজ্রনাভ কুণ্ড :— বজ্রনাভ নিংথৌন মুর্ত্তিশিং প্রতিষ্ঠা তৌজরব মতুংদ মপুক্লিংদা খঙখি; মচা মশুশিংন মাগী গুরু-জনগী মতম্পাক্ত সুঙাইন লৈজবগুম লৈজনিঙহুম শ্যামকুণ্ডগী মনুংদ মাগী কুণ্ড অম তৌজখি মহুবু বজ্রনাভ কুণ্ড হায়ন কৌই। কুণ্ড অসিদি শ্যামকুণ্ডগী জলন য়াম্ন কংথরক্নুন জল ইরে লৈরক্রুব মতমদ কুণ্ড অসিবু উব ফংবিগনি।

মতৌ অসুম শ্রীকুণ্ড অকোয়বদ খোঙফম থুদিংগী ওইন মশিং নাইদ্রব তীর্থ লৈরি। তীর্থ থরগী মমিং মহ্লার কুণ্ড গোপালজী কুঞ্জ, সুরজঘাট, চেইনঘাট, মাজাহ্নবাঘাট, গোপীনাথ মন্দির, পূড়াণা গোবিন্দ মন্দির, ললিতাকুঞ্জ, সঙ্কেট বিহারী মন্দির বড়কুঞ্জ, শ্রীরাধাবিনোদ মন্দিব, পঞ্চপাণ্ডবঘাট গয়াঘাট, গোপগুহা, অষ্টসখী মন্দির, বরখণ্ডি মহাদেব, তমাল-তলা মহাপ্রভু মন্দির; ভ্রমর ঘাট, মদনমোহন মন্দির, গোবিন্দ ঘাট, সঙ্গমঘাট, কৃষ্ণকুঞ্জ, রত্নবেদী, গিরিগোবর্দ্ধন, কুঞ্জেশ্বর মহাদেব, শ্রীরাধাকৃষ্ণযুগল মন্দির অসিনচিংব লৈরি।

মী মহাক অহুন ভক্তিগ লোয়নন শ্রীকুণ্ড অসিবু স্নান তৌজরব শ্রীকুণ্ডগী রজ মৃত্তিকা অহুন লাইবক্ত নমজরব শ্রীকুণ্ডগী রজ অহুন হকচাং পুম্ব তৈজরব, রজ মৃত্তিকা অহুন মালা ওয়ন পরেং লেংজরগ ওকশমদ শিজ্বব ওমজরবদি ইবেম্মন চানবিহুন ইবেম্মগী সখীত্ব ফংজব ওম্মি।

মী মহাক অহুন কার্ত্তিকী কৃষ্ণা অষ্টমী মুমিংত শ্রীকুণ্ড অনিমকপু থাওমৈ কংচরবদি ইবুঙো ইবেম্ম অনিমক্ত পেনবিহুন মাগী মকমদ কৃপা পীবি।

মী মহাক অহুন কুঞ্জেশ্বর মহাদেববু খুরুমজরগ ভক্তিগ লোয়নন শ্রীকুণ্ড অনিমকপু পূজা তৌজরগ স্নান তৌজরবদি মিওজব অপুম্ব থুংহনবি।

শাস্ত্র বিধি মতুংইন্ন সংকল্প তৌজরগ শ্রীকুণ্ড অনিমকপু নিংথিন পূজা তৌজরবদি বন্ধ্যাদোষ কোক্লুন-মচা পোক্তব মচা পোকচৈ।

নিপা ওইবশিংন শ্রীমতিরাধিকাগী চরণ ফংজগে তাল্লবদি শ্রীরাধাকুণ্ড মপান্দ লৈজরগ নিতিগী ভক্তিগা লোয়নন ইবেম্মগী চরণবু ধ্যান তৌজহুন প্রাণ থাজবা ওম্নবদি ইবেম্মন পেনবিহুন ইবেম্মগী সখীত্ব পীবি হায়রি।

তীর্থ খিবিক স্নান তৌকহদ ফংজব মহে অহু শ্রীকুণ্ড অনিমকপু দর্শন তৌজবতদ ফংজব ওম্মি। অনিমক কুণ্ড অনি অসিবু ভক্তিগ লোয়নন স্নান তৌজবাদ ... কোকপিরহুন ইবুঙো ইবেম্ম অনি... ফংজব ওম্মি।

শ্রীশ্রীরাধাকুণ্ড মহাত্ম্য দ্বিতীয় সোপান



# শ্রীশ্রীবৃন্দাবন বর্ণন

জয় বৃন্দাবন দরশন পরসন ধ্যান ধরনম্ ।
তুলস্যাবৃত কৃত দিব্য বিপিনে যুগল কিশোর রতি পূরণ।
বাট ঘাট যমুনা পুলিন, গ্রাম ধাম পুষ্কর সুশোভন।
সরোবর গঙ্গা উপবন বন, যথা তথাহি শ্রীনন্দনন্দন।
কুঞ্জ কুঞ্জ নিকুঞ্জ মন্দিরে ধন্য ছয় ঋতু সেবিত বৃন্দারণ্য।
কুণ্ড কুণ্ড রাধাকুণ্ড বন্দন, গিরিরাজ রাজ শ্রীগোবর্দ্ধন।
বংশীবট তট তমাল গণনম্ কেলি কদম্বাদি বিভূষণ।
শ্রীরাস মণ্ডলে গোপীকামন পূরণ ভগবতিহৃদিসদা ভজনম্।
জয় বৃন্দাবন দরশন পরসন ধ্যান ধরনম্ ।

---

শ্রীশ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী

# প্রার্থনা

ধন মোর নিত্যানন্দ, পতি মোর গৌরচন্দ্র,
প্রাণ মোর যুগল কিশোর।
অদ্বৈত আচার্য্য বল, গদাধর মোরকুল,
নরহরি বিলাসই মোর।
বৈষ্ণবের পদধূলি, তাহে মোর স্নান কেলি,
তর্পন মোর বৈষ্ণবের নাম্।
বিচার করিয়া মনে, ভক্তিরস আস্বাদনে,
মধ্যস্থ শ্রীভাগবত পুরাণ,
বৈষ্ণবের উচিষ্ট, তাহে মোর মনোনিষ্ট,
বৈষ্ণবের নামেতে উল্লাস।
বৃন্দাবনে চবুতরা, তাহে মোর মন ভোরা,
কহে দীন নরোত্তম দাস।

সম্পূর্ণ

## লেখক্কী লাইরিকশিং

১। শ্রীতুলসী মহাত্ম্য .... ... .... .... লুপা ১০'০০
২। শ্রীশ্রীবৃন্দাবন মহাত্ম্য .... ... .... ... লুপা ১৫'০০
৩। শ্রীশ্রীগৌরগুণামৃত .... .... .... .... লুপা ১৪'০০

## মথং ফোঙ্গদোরিব লাইবিকশিং

১। তাইবং পুন্সিরোল অহানব ( থুন ফোঙজবনি )
২। শ্রীশ্রীরাধাকুণ্ড মহাত্ম্য ( শ্রীভুরিলাল চিরঞ্জিলাল )
৩। শ্রীশ্রীবৈরাগ্য নির্ণয় ( শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয় )
৪। শ্রীশ্রীপ্রেমভরঙ্গিনী ( শ্রীদ্বীজ জনার্দ্দন )